ꯑꯃꯝꯕꯅꯥ ꯉꯥꯏꯔꯤꯕ ꯑꯉꯥꯟꯕ

# অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা



চইবা
বাঙুংবম রোমেন মীতৈ

ꯑꯃꯝꯕꯅ ꯉꯥꯏꯔꯤꯕ ꯑꯉꯥꯟꯕ

# অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা


অইবা

*বাহেংবম রোমেন মীতৈ*





নোংচুপ হাবম খোবজৈ লুপ(নোহাখোল)

য়ুবেম্বম

# *AMAMBANA NGAIRIBA ANGANBA*

A collection of 40 (Forty) Manipuri Poems

Written by Wahengbam Romen Meetei
Published by Wahengbam Bimolini Devi

ISBN 978 - 93- 82989 - 05 - 9

অহানবা ফোঙবা ২০১৩
অফোঙবা - ডব্লীযুঃ নিংথৌ লিনিনা নোহাখোলগীদমক
কপী মশীং ৫০০
কপীবাইট অইবা / অফোঙবা / নোহাখোল
মখুম যেকপা এলঃ জয়চন্দ্রা, তেবা
মমল (মখুম অপাবা) - লুপা ১৫০ /
মমল (মখুম অথাবা) - লুপা ১৮০ /
লাইবিক ফংফম - বোজেশ বুক ষ্টোব পাওনা বাজাব গভর্নব বোড,
অইবগী যুম, পাটশোই

নম্ফম - চনোসা প্রিন্টিং বাক্স, সনাম / পাৎশোই, উনীখোং বাজাব

# সেক্রেটরীগী ৱাবোল

নোংচুপ হাবম খোবজে লুপ (নোহাখোল) যুবেম্বম খৃঃ ১৯৯১ এপ্রিল ২১দা লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)গী লুপ অমা ওইনা লিংখৎখিবনি। লুপ অসিদা লমদম্মসিগী মগুন লৈববা লাইরিক কয়াদা থোংজম উধব, নীংশিং মনা, থোংজাম থোইবী নীংশিং মনা, চবোইবম চন্দ্রমুখি, নীংশিং মনা অমদি চোংথাম স্বর্নলাতা (যাইমবী) নীংশিং মনাশিং পীদুনা লাক্লি। লুপকী মপোক নুমিৎ (কুমওন) এপ্রিল ২১ লেপ্তুনা পাংথোক্লি অমদি লুপ অসিগী চেফোংঙ "ঈচেল" লেপ্তুনা পুথোক্লি। সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীগা খুৎশন্নদুনা সেমীনার, নীটবেবী ফোংবম পাংথোক্লি, মতম মতমগী ওইবা লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)গা থৌবম কয়া পাংথোক্লুনা লুপ অসিনা মীয়ামদা শক খঙহনজবগা লোয়নননা মণিপুরী লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)বু মাঙজিন থানা চংপা ঙম্মনবা হোৎনজবি।

নোংচুপ হাবম খোবজে লুপ (নোহাখোল), যুবেম্বম মণিপুরী লোন্দা হোৎনা হেঙানবা লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)গী লমদা ঙাসিফাওবদা লাইরিক ১১১ ফাংলে। ঙসি ফোংদোকচনিবা ৱাহেংবম বোমেন মীতৈনা ইবা "অমম্বনা ঙাইবিবা অঙানবা" মিংথোঙ্গবা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা লুপ অসিগী ১১২ শুবা লাইরিকনি। অইবা মশাগী হান্না "পুন্সিগী মপাউ পুবা চিঠি" মিংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা মণিপুরী লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)দা খুদোল তমখ্রে। ঙসি ফোংদোকচানবা শৈরেংগী লাইরিকসিনা অইবগী অনীশুবা লাইরিকনি অমদি মণিপুরী লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য)দা অইবনা খুদোল তমজবা অহানবা শৈরেংগী লাইরিকনি "অমম্বনা ঙাইবিবা অঙানবা" লাইরিক অসি মীয়াম্না লোয়দনা পাবিবগা লোয়নননা লাইরিক অসিদগী অতোপ্পা মহৈ অমা লৌবীয়ু হায়জবগা "অমম্বনা ঙাইবিবা অঙানবা" মিংথোঙ্গবা লাইরিকসিবু পাবিনবা খ্বায় পূন্নমক্কী মফমদা খুৎশিন্নজবি।

তাং ০৮।১২।২০১৩

থোংঙ্গ্রম শামুঙৌ
জেনরেল সেক্রেটরী
নোংচুপ হাবম খোবজে লুপ (নোহাখোল)
যুবেম্বম

# অইবগী ৱাবোল

লাইবিক অসি অনীশুবা ওইনা পুথোকচবা ঐগী শৈদম খুদোলনি। শৈবেংগী ওইনদি অহানবনি। স্কুল তম্নিঙৈ মতম ১৯৯১ দগীনা চংলিবা চহী ২০১৩ অসি ফাওবগী মনুংদা পুক্নিংগী ইথিল কযাবু ইশিন্দুনা থমজবকখি। মদুদগী খবদং লৌখৎচববনি। লোযনশিল্লোন (সাহিত্য)গী নুংপানগী মশক মহাও মুন্না খঙজ হৈজাদ্রিবা ঐনা পামজকবগী অদুক পুক্নিংদা ফাওবকখিবা ইদুনা লৈজবিবশিংদগী খবদং খনগৎচবগা খুদোল তমজবনি মসিমক্না লোযনশিল্লোন (সাহিত্য)গী লৈকোলদা লৈচন ওইবা যাব নংত্রগা যাদবা হাযবদুমদি থেংনদুনা পাবীবিবা অখং-অহৈ, ওজাশিং অমদি মরুপ মপাং খ্বাই মযাম্না লেপ্লীনবা মযামগী মফমদা শিন্নজবি।

লাইবিক অসি পুথোক্নবা হোংনবদা অযাবা পীবিবকখিবা নোহাক্নেলগা থৌবুবেলশিংবু নোল্লুক্না ইকাইখুম্নজবি, লাইবিক অসিগী অশোয় অঙম কযাবু কুপ্না যেংশিনবিদুনা, মশাগী অচিনবা মতম কযাবু কাযথোকপীদুনা মতেং পাংবিবকখিবা ইকাই খুম্নজববা ইযাম্বা বাজেন খুমুকচম খম্নাম লৈবক অমদি হিবম কযাদা অচৌবা মতেং তৌবীবকখিবা ইযাম্বা শ্রীতোংব্রম শামুঙৌ সিংহ, লাংজিং অচৌবা অনাপু ভমৈখ লৈতনা থাগৎচবি ইযাম্বশিংগী তৌবিমল পুক্নদা খক কাওজবোই।

খুৎই ওইনা লৈবিবা মকেযশিং অসিবু লাইবিক অমা ওইহনবিবদা অচৌব থৌদাং লৌবিবিবা চানোসা প্রীন্টিং ৱাক্সকী ঐগী মরুপ প্রমোদ অমদি ইনাও মঙালসনাপ্সি থাগৎচবি তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

লাইবিক অসিদা লোনযান যাবিবমখৈাদ অহং-অহৈ ভাগজদুনা খনদোকচখ্রবনি কাবগুম্বদা খবা যাওবম্বা থেংনবিববদি খঙদা হৈতবদগী শোয়খিবান খনবিদুনা ঙাকপিনবা নোল্লুকচবি। মথংগী খুৎনমদা মপুং ফানা চুমথোকচগে।

ফজবা নংত্রগা থিবা হাযবদুনা ৱাফম অমা ওইব্রগা ঐগী অইবা পুক্নাংগী ইথিলশিংবু ঙসিদি মরুপ মপাং অমদি ইচিল ইনাওশিং খ্বাই মযামগী মতেংদগী লাইবিক ওইনা পুথোকচবে। মসিমক মীযামদা অমুক শিন্নজবি। পাবীযু নৈনবীযু অচুম অবান তাকপীযু শেমদোক চুমথোকচনবগী মতম পীবীযু তাকপীবকপা খুদংমক্না পাওতাকপু তবাম্না ওকচবি।

ৱাহেংবম গোমেন মীতৈ
ইং ৩.১২।২০.৩, লৈপাকপোকপা

# যাওফম

## থিজবা

নঙবু থিকই ঐনা
লৈশিং হেক লাকপদগী
অশুকপা উমংদা
অথাপ্পা চীংনুংদা,
মী চিক্লবা খুঙ্গংদা
চীংযা তমযাদা।

নঙবু থিকই ঐনা লেপ্তুনা
অচৌ অচৌবা সহব কযাদা
মীনা খবক হংদ্রবা লম্বীদা
অবাংবা যুমজা ওগা মথোন মথোন্দা।

নঙবু থিবা ফংদ্রবা মীৎকুপ্তা
তুমিন্না ইদোম লেপ্লী অমুক
অহীংদা শাথিনা থেংলবা অহীংদা
মীৎকুপ্তুদা তাবকই ঐগী নাপ্পদা
কনা গুম্বা এমনা হাযবকপ গুম

"থিদুনা ফংগদবা নত্তে ঐদি"
লোৎলীবনি ঐদি নঙগী থম্মোযনুংদা
পুকচেল শেংঙু
নশানা নশাবু থাজৌ

**অমমনা তাইরিবা অঙানবা**

২

পুন্সিবু নদোম মীনমগনু
লৌনম্বা তাইবঙগী হৌবকফম
অপাম্বা, মীহৌবা, কলকপা
ঐগী হায়বা ব্রাখলবু থাদোক্লুনা
নশানা নশাবু মশক খঙলগা
ফংগনী নঙনা থিবিবা
অচুম্বা অশেংবা ফজবা
পুম্নমক্কী হৌবকফম ওইবিবা
মপুগী লেঙদ্রবা খুদোল।

১৩।০৩।২০১৩
যুমশকৈশ

## খূৎলাই পাযযু শাবিত্রি

খূৎলাই পাযযু শাবিত্রি
চৈ, থাং নৎত্রগা নোংমৈ
অফংবা অমা হেক্তমক
কঞ্জনবা নপুবোইবগী থৱায
নচাশিংগী থৱায
নশাগী নূপী ওইবীগী ঈজৎ।

মীবক্তা লোৎলীবা মীমানবা
মতমসিগী তম্মলাইশিং
শহিং শাবনী শাবমচৎ চৎপনী
মখোযনা ইকাই খুম্নবোই কৈদৌনুং
নুপী ওইবী নঙগী নবমচৎ
নোল্লুকপা নুংশিবা খোইথুম্নব ৱাহৈশিংনা
পোক্লোই মখোযদদি মীনুংশি।

অহোহনদুম
নুপী ওইবী নঙগী নবমচৎপু
তেমশিংনবক্লী লাকথু চিংথদুনা
নমশিন্নবা হোৎনবক্লী
মীংচৎ থীবগী কোমদা
শংজীন্দুনা অমকপা কোক্লবোইদবা
মচু অমনা নঙোন্দা

অমমনা ওাইরিবা [illegible]

অদুনা
খৃৎলাই পায়য়ু শাবিত্রি
চৈ, থাং নৎত্রগা নোংমৈ
অফংবা অমা হেক্তমক
লান্দবা লমচৎ-শাজৎ কাযদবনা
নঙগী খোঙফম চেৎপা ফীবেপ্পী।
অথোইবা ওইবী নবমচৎনা
নঙগী পাঙ্গল থৌনানি।
খৃৎলাই পাযদুনা যেক্লববু তেমশিংনবনা
নঙগী শোযফদ্রবা নথৌনী।
কঞ্জনবগীদমক নপুবোইবগী থব্রায
নচাশিংগী থব্রায
নশাগী নুপী ওইবীগী ঈজৎ।
কাউগনু'
মীগী মমল লৈতবনী লমদমসিদা
চৈবাক্লা হান্না পীবনি
শিবগা মব'ল পুথোকপনী, মন্থীক্লবনী।
তাদবনী অচুম্বগী খোল্লাও
মচিন মের্নাখবনী লাওবকপা খুদিংমক
লুপাগী ফিবুলনা
মাংহনখিবনী লংলা লংজীল খঙদনা
অমম্বা অকাউবগী ইবোলনুংদা
ফিভমসিদা
নঙবু শব্াক তমগে খন্দুনা
তেমশিংনবকপশিংবু লানবীবা
ঈজৎকীদমক থব্রাযগীদমক
অবানবা নত্তে অচুম্বা খোংথাংনি।
অদনা

খুৎলাই পাযযু শার্গাত্রি
চৈ. থাং নংত্রগা নোংমৈ
অফংবা অমা হেক্তমক
কঙ্গলা নপুবোইবগী থবায
লচাশিংগী থরায
নশাগী নুপী ওইবীগী ইকাইখুম্নবা
মতম্মাসিদা মীবোলসিদা
মতমাসদা মীবোলসিদা।

১৭।০৫।২০১২
শগোলশেল

অমঙনা ডাইরিবা অঙাং

## ব্রাহং অমসুং পাউখুম

অশিৎ অব্রান থাগী
মঙাও থিবা নুংশিৎনা
মনীং তম্না কোযচেল চেন্দুনা
অমাং কোযবী শান্নবি
ইনাকখুনবগী দলান্দা
লাযববগী খাংপোকশঙ্দা
লমজাও কোনবা লম্ফাংদা
খুঙ্গংগী চীংযা তমযাদা।

নুংথিল কোবৌহনবনা
উইকম-উইকম তন্দে মান্দে
মথৌ শিনপাংলম্লগা
চংখি মযুম মোংবা মযানযাই
লোইবী চীংগী মকম থুপ্লদুনা।

অঙাংবনা লোৎপ্রবা কান
অম্মবনা মালেমদা
তপ্না তপ্না কুপশিল্লকপা কান
থানগৎলকই ইনাকখুনবগী কানুংদা
ইলেক্ট্রিকী মৈঙাল
নিংথিনা লোনশিলী থোঙ-থোঙনাও
অঙাওবা মালংবনা চংবা ঙমদনবা

ঙুং ঙুং চাক্লা
হৌগৎলী মৈফু মৈজাও মপানা
লাইবিক পাবিবা মচাকীদমক
চংশিন্দুনা হংঙী
অমত্তং পোকচবা মচানিপাদা
নুংশিনা কোনবীদুনা
হযেং ইচানা চাওবগা
কবি ওইগে খল্লীবা "

মপাগী অপাম্বা খঙলবা মচানা
খুন্মী মপুক্লিংগা অপাম্বা ইযা ও যাওদনা
ডাক্তর ওইনি এদি।
মচাগী পাওখুম তাবদা
হবাও মোমোন নোকচৈ মপানা
চেচেং কোনশিনবী মচাবু
খজাই-যেংলোম মাযবোমদা
হঙ্গীল হঙ্গীল চুপ্পীবি নুংশিনা।

মঙাও থিবা মালংবদি
অমাং কোযবী শান্নবি
মনীংতম্না মীৎকুপসিদা
লাযববগী শেগাইবব খাংপোক্রা
লেংঙম শাঙমদ্রবা হনুবা
অহল ওইববা যুম্মুবেম্বা
ব্রামৈগী মৈখু মবক্তা
অঈংবা খাংলী
মতমগী খোঙচৎ ঙাইদুনা।

**অময়না ভাইরিবা** অঙানব।

লায়ববগী কুযোম্না যোল্লবা
চাকথুং-ফিথুং ব্লাইযোং চাদ্রবা
চাবাম-চদংনববা মগুশিংনা
মুন্নবি তল মচেং অমা
ঙসাই অহক চাবা নোংখাংনখিবগী
লাম্নবা মপূক্ষশিংদো মেন্নবা
মশা কুপ্পা থুংদ্রবা
ব্লাইযোং চাদ্রবা মফি মতংশিংদুগী
থোইনা খল্লুদে তল মচেক্তু মীকানবদা।

মগুশিংগী মতৌদুদা
মপুবোক্লা হংলী শোন্থাংননা
কবম্লো ইশুশা নখোযবো ?
নখোয়না হযেং চাওবগা
কবি ওইবগদবা ইমুংসিদা ?
হৌনকবা হাযনকবা নাইদনা
চপ মাননা খুন্নকই মগুশিংনা
"ঐখোযদি মী হাৎকনী
লমন শিংগনি ইপাগী ইতোনগী"

মগুশিংগী পাওখুমসি তাবদা
শ্বাই লাওই হনুবা
উবকই মমীত্তা মথং মথং
শাশিন্নবা সিফাইগী মীওৎ-মীনৈদা
মপুক্সি লোমখ্রবা মচানীপা অহল
শকখঙদবগী নোংমৈ মকদা
থব্রাই পীখমনখ্রবা মচা য়াইমা
নীশাগী ইপাক্তা ইকপখ্রবা অতোনবা

মখোযদুগী মহুৎ শিলহৌববা
মশুশিংগী পাওখুম্মী
"মী হাৎকনী লমন শিংগনী"
মীৎকুপসিদা তাঙ্গা চানা চংলকপী
মমৌ নুপী অহলনা
কোকথক্তা পুনকপ' তবা চেং'পোৎ
লৈমাযথক্তা থাবদুনা
মখৌ পোংনা খুন্নকই
ঙম্মু অনীংবদুমক পাংথোকচবা
শাগৈগী অশেংবা ঈমক্তা ওইববদি
হাৎলু মী, অদুগা
লমন শিংবা ঙমজৌ
নপল পম্বৌগী, নত্তোনগী
নুমিত্তনী ঐনা ঙাইবিবা
থম্মোয পেন্ন' নোক্কদবগী
লুপ্পাবানা মউ লীংব' লমদমসিদা
যুম্নুবেম্বীগী থম্মোয নুংগী যাবাশিং
পুদুনা চংখি
অমাং কোযবী শান্নবম্বা মালংবনা
খোঞ্জেদুগী খোম্বাংনা
নীনদুনা পাইখি হ'ংলবা অতিযাদা।

১৪।০২।২০১৩
শগোলশেল

১০

## নিংথৌ

নোংমা মমাংঙৈদা
খোংখি নোংশাশিংনা
মখৌ পোংনা , থৌনা লৈনা
চীংলৈবাকসিদা - ।
মখোযগী খোঞ্জেলদা
থক থক নীকখি
নিলখি মাযকৈ মবিমক
চীংলৈবাকসিদা।

খুল্লাল্লকপা লমহুই মচাশিং
কিবনা নীকখি
মখোং কাবল চন,
মমৈ মতুং লোৎ
তুমপক তাশিন্দুনা থাংখি
চীংলৈবাকসিদা।

নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
কৎলবি লমহুই মচাশিংনা
শাগী শদুম কয়া কযা
নোংশাশিংগী মখোঙদা।
শাদুমশিংদু চাদুনা
মঙ মঙখি নোংশাশিং

নুংঙাইবগী ইপাক্তা তা ওদুনা
মমৈনা লৈমাযদা
পোপ - পোপ ফুবদুনা
খঞ্জাখি মতোম মতোমতা
ঐদি নিংথৌনি লমদমাসদা
চীংলৈবাকসিদা।

মশানা মশাবু নিংথৌ শেমজবনা
কলক যেংথিনৈ মখোয় মশেল
অঙম অঙম হাত্তোক্লে
অকনবনা অশোনববু তুতংপী
কাংলুপ কাংলুপ চিক্লবি
মায়কৈ খঙদনা চেন্নবি খল্লায়গীদমক
লৈহৌবা অশুম্বা শকপা খবনা
মখৌ পোংনা খেংলি
চাংলৈবাকসিদা।

যেক্লবা মশীং যাম্বনা
লালগী লালোং শেমলীঙৈ
চত্তুনা মচিঞ্জাক থিকদে
মখোঙদা চংজবক্লবা লমহুইনা
কংলববশিংদু চাদুনা
নুংঙাইবগী মঙ মঙলী
হিংলী নীংঙাইদনা
চীংলৈবাকসিদা।

চত্তুনা থিক - য়েংলুদবৈ হৌনশা
খঙদ্রে হৌজিক্কী কবিমত্তা

**অমরনা ঙাইরিবা অঙানব।**

১২

কদায়দা কনানা কবি তৌবিবা ?
কবম্বা অহোংবা লাকলীবা ?
চীংনৈবাকসিদা।

ঙসি তুমজুবদগী মীৎকপ থোবকপদা
মমীত্তা উবকই অকিবগী শক্তম
লমহুইগী লমহুইমক্তনা
কোয়শিন্দুনা লৈবল্লে মাগী অকোয়দবা
মাংদা তুংদা, নাক্তা যেত্তা
মখোঙদা চংজবকখিবা লমহুইমচা
মাগুম্না ৱাং চাওবল্লে।
লমহুইগী নিংথৌ শেম্লল্লে
মযা খিগত্তুনা চোংশিলক্লে
নোংশা তম্না চীক্কদবগী
ইয়ুম মোংবা মবানযাই
চীংনৈবাকসিদা।

শাম্বা পাঙ্গলবা নোংশা নিংথৌ
লমবানগে খন্দুনা হৌগৎলকপদা
মথৌনা লৈবমদ্রে।
মপাঙ্গল মযেং তাবল্লে
তেমশিংনবদি লাযবদুনা
ফিভম চানা লেপ্পা ঙমদ্রে
ইতন তম্ববে, অফ-অপুন্নবে
কীকপ কীকপ,
মনিং হল্লে নোংশা পাঙ্গলবা
অতোনবা জীব অমগুম
চীং নৈবাকসিদা।

হৌজিক্তী কনামত্তনা কৎলদ্রে মচিঞ্জাক
অহোইনদুম মুন্দুনা চাথোকপীখ্রে লমহুইনা
মমাংদা পৈদুনা লৈবম্বশিং
মশানা চত্তুনা মচিঞ্জাক থিজবসু ঙমদ্রে
উপায লৈত্রে নোংশা পাঙ্গলবা
ঈশিংদা তাকববা উচিগুম
মমীৎ মনা ইচোৎ চোৎ
মতু-মমান ইপোন পোন
লাপতক্লা কুল্লবে লমহুইগী তুংদা
অদুগা ঙাইবি খুন্দুনা চাগদবগী
লমহুইনা চাবা লোইবগা হুন্দোবকপা
শদোং যাওদ্রবা ঈ থাংদ্রবা
অকংবা শক মচেৎ-মচেৎশিংদু
মশানা লৈঙাকচবম্বা মশাগী
চীং লৈবাকসিদা।

১৮।০২।২০১৩
নিংথৌকাবা

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানব..

## যোকচবী ইমা

ইমা,
ঐ ইমাবুদি ব্রাবৌদে।
ইমাবুদি মশক খঙঙী,
ইমাদি মীযোক মীচান ফবীনি।
নাওযোক নাওকোন চাওবীনি
জাৎ-কুচুগী খেন্নবা থমদনা
নাওয়োকপীবকখিবনী ইমানা মৈতৌবোলদগী
লাংওন-লাংওন খুদিংদা
মদুমক্তনা ঐনা হবাওজখিবনি'
লৌশিং জ্ঞান লাকপা মীৎকুপতা
নতম্বাক্তা নচা ওইনা
চেন-চোংদুনা শান্নজবম্বদা।
গঙ্গা, যমুনা, স্ববস্বতী
শেংলবা ঈচেল অহুমগী ঈতিনফমদা
ইমাগী থৌজাল নিজখিবনী
হিমালয চীংজাওগী নাপোমসিদা
নুংঙাইনা পুন্সিগী অশা কযা শাগৎচদুনা
ঐগী লেংদ্রবা ইবালনি নিংজদুনা
ইখৌ পোংনা লাওজকই
ইমানা যাফবে
ইমা ভাবত লৈমনা য়াইফবে।
খোল্লাওসি লাওকুবগা হস্তবকপদা
পূম্নমক অনেম্বা তাহল্লে নচাশিংনা

ইমানা পোকচবা নচাশিংগী
ঐগী মীগী নাইবা মচৎনা
ইমা নঙবু তাথিহল্লে নমদুনা
নতম্বাক্তা লেপচাবিবা ঐখোযবু
শৈদাংবনী পাওথোকপীবে।
নমদুনা মাংহনবীদৌবে কংহন্দুনা
কাংখুলদগী লিৎখৎলকপদা
নৈথৎপীবে লেঙ ওৎপা ঙমদনবা
অমুবা তমথিববা আইন কযানা
ফাজিন-পুনশিন্দুনা ওৎপীবে ঐখোযবু
ইমানা পোকচবা নচাশিংগী
তমথিবা শাজৎসিগী মাযোক্তা
মচিন মনাওন খন্দুনা
পেন্দবগী বাকৎ অমত্তং লাওভাকবদা
অহোইনদুম নৈহৎপীবে ফু চৈদনা
মযাম্বনা মনাও ব্রাবকপন
অদুম্না ওমথিনা ওৎপ্রনে ইমা
থাকপীববসু ঐখোযবু হিংনবগদমক
ককথংপীবে চাওখৎনবগা লম্পিদ
মখোযনা পীবি মমিংতগী ওইনা
সুপ্লগী হিংনবগীদমক চাকথুং খবা
মসিবু মুন্নহাল্লি
লাকথ চিংথুদুনা হাৎনহল্লী
হৌমীন্নজবকপা ঐখোয মশেল।
থৌওর্সিন। হু পাম্বীগী চাব। ওইদনা
মপাল-শাৎ,
মবাতা, মউ লিংদুনা
মশা মবেং ফল্লক্তুনা
তুমহ্রগনী নোংমদি শোযদনা

**অমম্বনা তাইরিবা অঙানবা**

১৬

ঐগী ইজাতিনা

ইমা নঙগী নতম্বাকসিদা,
ইজাৎতিনা মক ফংনা মাংদ্রিঙৈ
ঈ মশেলগী লাঞ্জাও লাকত্রিঙৈ
ঐ চৎলগে যোকচবী ইমা,
ইমাগী তম্বাকসে থাদোক্লগে,
ঐ খঙঙী ইমাদি লানদে
লাল্লীবদি য়োংলৈ মেললৈ নাইবিবা
অহল ওইবা হৈতবা
ইমানা পোকচবা নচাশিংসিনি
অপোকপা নচাশিংগী শবৌদগী
ইমা য়োকচবী ইমা
নঙগী নতম্বাকসে
থাদোক্লুনা চৎলগে ঐ
ঐবু অমুক খান্বীবনু।
যেংঙু ঐবু পোকপী ইমানা
ইকাই ফিকক খুমদুনা
হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা
ঐখোয়বু লাক্লো কৌবক্লে
কুমজা কয়া মীবাইবীকববা ইমাসে
ঙসিতা মগুণ খঙলক্লে
ইমাগী লমন শিংলুবগে
ইমাবু মোমোন নোকহল্লুবগে
অপোকপী ইমাগী নাক্তা
ঐ চৎলগে য়োকচবী ইমা
থাদোক্লম্লগে নঙগী নতম্বাকসে
পুন্সিগী ওইনা।

২৪।০৮।২০১৩, থাংজ

শক্তম অমা

ঐনা য়েক্কে খল্লী
মতম কুইববগী মমাংদগী
ঐগী কেনভাস সিদা
নীংথিনা পক্লীং হুববা
শক্তম, শক্তম অমা ইমাগী।
মথানুংগী মচাবু
ফৈবম্লনা পমজদুনা
খোল্লাং মাযোক্লদুনা
মচাবু নুংশিনা খোল্লাং পীথকলীবী
মোমোন নোকচবী
ইমাগী শক্তম অমা।

অদুবু
যেকপা হৌগৎলকপদা শক্তমসে
মাংখ্রে মীৎমাংদগী
মশেং মবাং ...
অদুগা, উববে
অকিবা ফংলবা শক্তম অমা
মখোঙ মখুত্তা
য়োৎহিং থাংলবী
মচাশিংগী লানগী মৈশা নংলবী
ইমাগী শকফম কায়ববা শক্তম অমা

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানশৈ**

১৮

শক্তমসিদি ঐদি যেক্লীংদ্রে

অদুনা
খুমজীল্লবনী ঐনা
ঐগী কেনভাসসিবু
মতমচুপ্পগী ওইনা
মতমচুপ্পগী ওইনা।

২৪।০২।২০১৩
নোংমাইজিং

## কুমদম্বা

তাও !
কুমগী কুমদম নোংখোংসে
কুমতাক নোংখোং খোঞ্জেলসে
ফুইনা হৌবা খোঞ্জেলসে
মালেম নিক্লা খোংবা খোঞ্জেলসে

নত্তে খাক লাওবা খোঞ্জেলসে
তাইবংদা অৱাবা পীগদবা
মতমগী খোঙলোই তুংইন্না
মপুগী শিন্থা পাংবনি
কুমওন কুমদম্নে তাকপনি
যেনিংথা লাক্লে তাকপনি।

উফুল হৌব মালেম্মু ফাজীনজবনি
মঙাও থিবা ফাইবেনগী লৈচিনবু
অমুবা নোংগী মপৈ ওইহঞ্জবনি
নোংগৌবী কৌবী চেক্লাদা
চেক্লাগী ইখৌলাংবা কোক্লনি
কুমগী নোংবু লাক্লনি
ৱাক্লবনু চেক্লা পাওথেমজবনি।

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙাংবঃ

## ২০

মনা কংলা উপালদা
অনৌবা যেন্নীং চোংনবা
হৈপাল লৈপাল খুদিংদা
হৈগী হৈপাল চুম্নবা
লৈগী লৈপাল মপুং ফানবা
শিদ যাইবু যেঙবনি
মালেমদা শিদ যাইবু খীকপীবনি
মপুগী শিঙ্খা তুংইন্না
মপুগী থৌগায় পাংজবনি
কুমগী কুমদম নোংখোংসে
কুমতাক নোংখোং খোঞ্জেলসে।

১৭।০২।২০১৩
নোংমাইজিং

## পুনশিল্লসি

লাক্লো ইচিল ইনাওশা
খৃত্তা খৃৎলাই পাযখৎলো
অমত্তা ওইনা পুল্লসি
কোক চুংশিন্দুনা ঐখোয মশেল
অনৌবা পোবম য়াংহৌবসি
ইজাতিগী ঈগী কাংখুল মুত্তনবা
ইাঁচল ইনাওগী ঈগী মবী তত্তনবা।

ইযুম মেংবা ইবানযাই
মহুম পোঞ্জেল লীংখ্রে
শৈদাংলকপা মীথিংগাইশিংনা
মপান মবা তাখ্রে।
"ইপোৎ লৌথোকউ
মপোৎ থমগে" হাযববে
"ইচা হাৎলগা
মীচাবোক যোকউ" হাযববে
মীৎকুপসিদা ঐখোয়না
নুংঙাই মোন্দ্রং শান্নদুনা
কুন্ধৈ ফিযোংদা লুপ্তুনা
নুংঙাইথোক্লা লৈফবোই।

খৃত্তা খৃৎলায় পাযদুনা

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা**

২২

অঙম অঙম হাত্তোক্লদুনা
ঈ মশেল লমন খুম্নবসু কান্নবোই।
হোবেলগী হয়েংগী তুংগীদমক
লাক্লো ঐখোয় পুল্লসি।
মৈহৌবোলদগী হৌবকপা
ইবমদমসিবু থুগাইনবা
শিংচেপ থাজিল্লকপশিং
হুগী ইবিক চায়বিবশিং
ঙম্নমক মাংহল্লসি ঙসিদি
মরু ফুক্লা লংথোকশ্লসি লমদমসিদগী।

অপুনবগী অমত্তা ওইবগী শক্তিনা
হৌসি অনৌবা খোঙচৎকী
অহানবা খোঙথাং অমা।
লংথোকশ্লো নোংমৈ, বোম তোপ
অদুগা পায়খৎলো
লৌউবগী খুৎশু-খুৎলাই
তৌথোর্কসি-খেয়দোকসি
অহাংবা লম্মাংশিংদা
খুঙ্গং খুনয়া থিদনা
চীং-তম খাযদনা
থাজিনসি অফবা চাবা কয়া
তিঞ্জং কায়জংদবা মরু লোক্লুনা
লাক্কদবা মথংগী চাবোল শুবোলগীদমক।

লিংসি ইবমদমসিদা
নঙনা ঐনা হৈজবা
অপীকপা শিনশঙ কযা

মীবমগী মপাল তাংদনবা
ইবমদমগী ইপোৎনা শেমজবা
ফজববা পূক্লীং হুববা
খুৎশা হৈবগী পোথোকশিং
পুথোকসি মথংগী মীবোলগীদমক
তুংদা হৌবক্লীবা ইচাশিংগীদমক।
হিংশি ঐখোয অমত্তা ওইনা
চীংজাওগুম লেঙদনা লেপ্পুনা।
ঙাকপী শেনবীসি মতমপুন্বদা
মতমগী খোঙচত্তা যাওবকপা
হু-পুবা নোংলৈ নুংশিৎনা
হুমদুনা পৃখিদনবা
ইজাতীগী অপীকপা চাবশিংবু।
কাংখুলদগী কংদুনা মাংহন্নখিদনবা
হযেংগী যুম্বী ওইগদবা চাবাশিংবু।

লাক্লো থোবক্লো ইচিল ইনাওশা
নঙনা নঙনা খঙজ হৈজবশিংদো
পুথোবক্লো, হাংদোবক্লো
অফ-ফত্তা খন্নবসি
ঐগী মীগী নাইববোইসি
অপুনবগী পাঙ্গল অপুনবগী মীৎযেংনা
শেমগৎলসি অনৌবা অফবা সমাজ
হযেংগী তুংগী মীবোলগীদমক
ইজাতীগী ঈগী কাংখুল মুত্তনবা
ইজাতীগী ঈগী কাংখুল মুত্তনবা।

১৬।০৫।২০১৩
শংগোলশেল

**অমমনা ঙাইরবা অঙালনা**

## লৈরাংগী পুন্সি

লৈবাং ঐনা নৌবিঙৈদা
শাৎচখিবোই য়াদে মীয়াম্না
মুনা-মুনা য়েংলকই
পোমজবতা ঙাইবিঙৈ লৈখোকতা
মপুং ফানা পোমজদুনা
ঈঙ্গিৎ অমত্তং য়েংজগে যাদে
ঐগীদমক লেপ্লীবকই
ঐবু নুংশিবীবা শাদুনা
তৎতনা ঙংলকই খ্বাই ময়াম্না
শাৎলোগবা নঙবো লৈবাং
শাৎলোগবা নঙবো লৈবাং।
কোবৌহনবা মহাক্লসু
অযুক খুদিং হৌদোকপীবকই ঐবু
উহনবীবকই মাগী মঙালদা
য়াকাইবকপদা, শাতোবকপতা ঙাইবিবা
ফজববা, থোৎ-থোৎ লাওনা নৌজবিবা
য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা
শুমহৎনীংঙাই ওইববা
লৈশাৎ কয়া- কয়া

ইনশিল্লকই কোবৌহনবনা ঐঙোন্দা
শাৎলোদনা নঙসু মখোয়গুম্না
তাকপীবমলগে নঙগী ফজবা নশক্তো
পাক- চাওববা মলেমসিদা
পাক- চাওববা মালেমসিদা।
কোবৌহ্নবা মাদ নৎতে ঙংলবিবা
মালংবা মাসুনী
খোঙথাং তপ্না ইনাক্তা চংশিল্লক্লগা
তপ্না হায়বকই, নামীবা খোঞ্জেলদা
শাৎচহৌবো লৈবাং শৎচহৌবো
নঙগী নীংথিবা লৈনমদো
মফম খুদিং য়েনবীকবগে
মালংবা ঐনা চৎপা খুদিংদা
তাক্লমগে তম্বীবমগে
লৈশক হেনবী তনৌবী
থম্মোয় খুদিংবু শুমহৎকদবা
লৈবাং নঙগী লৈনমদো।
অহীংগী ইচিক হুল্লকপদসু
নোংদোল লীক্লাসু লেপ্লবৈ ইনাক্তা
তন্নকই মপাও মানসু
"শাৎলোদনা লৈবাং শাৎলোদনা" ।
কবি তৌবে পোন্নীবদি
লৈকা ফননা শাৎকাইজবো
কীকনু নঙনা শাৎকাইবকপদা

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা**

পকহললোই ফঙবী নঙগী লৈকাদা
উফুলগী মবিক অমত্তস্
চামথোকপীবমগে পক্লকপা খুদিংমক
কোবৌহনবনা যাকাইবক্লিইঙ.
অঙা না খোংদাবর্কাক্লিইঙ।
লৈকোল শংবা লৈবাংবা মানস্
ঐবু কযাদ লুনা থশ্বীবম্বা
কবিমত্তা ব্রাংহনখিদে মতমদ্দা
লৈকোলসিদা ঐতবুনি মানা ঙকলীবা
অথোইবা লৈবাং ওইনা
খল্লুই ঐনা মতমদুদা
শাংকাইদ্রিইঙ ঐগী অব্রাংপা লৌত্রইঙ
লৈববোই শাংকাযবগস্
থোইনা হেন্নদুম নুংশিবীনী
ঐগী নীংথিববা লৈনমদা
শকওংদা শাথেক্তা ঙাওজবা মখোযদুনা
ঙাকপীবনী ঐবু মতম চুপ্লদা
ঐসু শ্যাংচবনী লৈকা ফন্ন
মখোযগী অনীংবা থুংনবা
মখোযগী অনীংবা থুংনবা।
মখোযদুগী ব্রাখলদা
নংহৌববোই মতাগুম
শাংচকই অপংবী ঐনা
ইপোর্মদি পোমদনা লৈখোক্তা,

শাৎকাইবকপা য়ীৎকুপতুদা
কয়াদা নুংঙাইববা পুক্সিনা
কোবৌহনবগী মেংলবা মঙালদা
লীবি হুম্বা মালংবগী তাঙ্কদা
নেম্মা নোম্না জগোয় শাক্তবা
অউবা খুদিংনা ত্রাওখি
ইতৌদা, ইশক্তা, ইগুণদা।
পাইবকই খোইমু লাবা খ্বাংজেংবা
ঙংলবৈ লৈকাদা তংতনা
পাঁখিবেই খন্না খাকলুই
থংঙমদ্রবা ঈচেল ওর্নখি
লৈাহ চুপ্পখি অহাং অমদা
লৈকাদা লৈহি পকত্রবদা
ঙমনমক মংখ ইনাক্রুগী
কনাসু চংলকত্রে ইফমদা
ঐবু ঙাকপী শেনবীবম্বা
লৈকোল শংবা লৈবাংবা
ঙমনমক ইনাক্রুগী লাপথোকত্রে।
কোবৌগী মেংলবা মঙালনা
অযাকপা মৈশা ওন্দুনা
যৈবাবে ইফমদা মালংবনা পুবক্লুনা
অহীংদা লোন্না লাক্লম্মী
লীক্লা নঙনসু
কবিগী ব্রাকচিংগী উনখা ওন্দুনা

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা**

২৮

য়েৰীবি ইফমদা চৈনা ফাওনা
বসন্তা ঋতু লাকলে খন্দুনা
হাবাও মোমোন নোকচবশ্বী ঐবু
লৈহি প'ন্থা খোইমু নঙনা
কবিগী লৈমন চনহনবীবি ....?
হে ফাইবেল থাগী মালংব- ও
কবিগী চোইজাইনহল্লী নঙনসু
লানজদবী ঐবু লৈমায়দা ?
খঙলে ঙসিদি ঐসু পূম্নমক
অপংবী ঐবু মাংহনবীবনী নখোয়না
চান্নবা মকপনী খনজকবা
লৌনমনি তাৎনি নখোয়গী
নখোয়গী লৌনম লাংদা থাজকবা ঐ
কেল্লবনী ঙসিদি লৈমায়দা চোইজাইননা।
নংতে মসি লাইবক্কী নোংদমখোল
ইগাপনী খম্থৌদবগী
ইবালনী পংজকবগী।
অসুম্না লৎনবীনি খঙলমলবা
মাংহনজবমগদবনী খুইজিন্দুনা পোমলীঙৈদা
মদুসু পাওথোকপীখিন নখোয়না
লৈনি পোমজীন চিনত্রবী
নখোয়গী লৌনম ৱাহৈবু থাজকববনা
নখোয়গীদমক পেন্নবা হোৎনকবনা
কেললে ঙসিদি ইদোম

লৈমায়থক্তা চোইজাইননা
নখোয়গীদমক চোইজাইনববী ঐবুদি
হন্না ফাওবা য়েংবীবমদনা
নেৎতুনা চৎখি নখোয়না
লাপখি অসুম-অসুম ইনাক্তগী
মসিবু কৌগদ্রা নখোয়না
অচাইবা লৈগী পুন্সি
অচাইবা লৈগী পুন্সি।

১২।০৩।২০০০

অমম্বনা ডাইরিবা অঙানব।

## মঙলৈবাক

ঐনা শোক্তুনা তাবিঙৈ
বোমগী মচেক্লা পান্দুনা
লৈমাযদা থবো-থবো ওন্দুনা
লায়যেংশঙগী লৈমাযদা
ইহিং নাইহিং শ্যাবিঙৈদা
ইমীৎসিনা উবকই নুপা অমা
ইনাক্তা লেপ্লে, মশানা মশাবু
অশি লমদমগী লাইনি হায়জে
মানা নাপদা চীক্লা হায়বকই
চৎলসি লাক্লো হে থবায
নঙবু লৌবা লাক্লবনী
তাইবঙদা নঙগী মতম লোইবে।

থাদোক্লক্মো হকচাং পোলাংদো
লৈহৌবসনু কান্নদ্রবা অমা ওইনা
মৈ থাদোককেবা, ফুমজিনগেবা ?
অপাম্বা অমা তৌজহৌবসনু
নঙগী নতু নচাশিংনা।

মাগী ৱাঙাংদু তাবদা
ঐনা মাবু থিনা চৈখি
"চৎলোহৈ শকথিবা
কদাইদগীনো হৌনা খঙদবা"
কবিগী ঐবু লৌবা লাক্লীবা
ঐদি চৎপা ঙমখিবোই

ইথৌ য়াম্না ৱাৎলী তাইবঙদা।

শেন্দোয় চাবা চাওভলগী
কুন কাবীদা পুকৱা শেনফমগী
মথোয় মবেপ পীবর্মদ্রি।
মাগী মথোয পীদ্রিংঙে
লমদম কৈদসু চৎফবোই।
ঐনা হযেং শিবগা
নঙগী নাক্তা লৈখ্রগা
কবম লৈহৌনী নুপী অঙাংনা ?

শেন্দোয় চাবা চাওভলনা
ইযুম ইঙ্খোল মুনখ্র্নি।
ঐগী তালোইদা
মীৎয়েং কাবল চনখ্র্নি।
শম্বল খাদ্রবা ইঙ্খোলগী লৈবাংগুম
মানা হেক্তুনা চীনখ্রনি।
ইতু লৈমনা মীগী ওইখ্রগা
ইচাশিংদি কবম লৈহৌনী ?
মীগী শাইজিন শযাদা
চাকথুং ফিথুংদনা লেপহৌবনী।
ঐনা যেংবা পামদবা
মশক থোক্তবা পুন্সিদো
ওইহল্লোই হাযবা ঙম্বা নঙনা ?

ঐনা মীঙোন্দগী পৈশা পুবদা
শিংবা ঙমদ্রগা ইঙ্খোল পীনি
লৈনবিবা যুমগী লৌবি যুম্ফম্না
শেন'পুদা সেক্র্যাবিটি ওইনা
যানচেদা অয়াবা পীবগুম
নঙসু ঐঙোন্দা সেক্র্যাবিটি পীয়ু

অমম্বনা ৱাইরিবা অং... !

ঐনা ননাক্তো চৎপ্রবা তুংদা
ইতু-ইচা মতু-নাম্ম শোকহল্লোই
য়ুম্লাক শাগে ওলহল্লোই।

কলক মীহৌ চাওবা তাইবঙদা
ঐহাক লৈনা লৈনা মালেমদা
উশিংপীদে কবাম চাওবশিংনা
মীনুংশি য়াওদবা মখোয়দুনা
খুদোংচাবা অমবু ফংলবদি
লুমদুনা লৈবি হুগদবগী, লাক্কদবগী
ফিভমসিদা চাকথুং ফিথুংদ্রবা ইচাবু
কনানা মহৈ তমহনবীগনী
অঙম-অথৌ, ওজাশিংনা
লোইনা লৌখিনি মখুৎমক্লা
লাযববা.ইচানা ফংজগদবা খুদোংচাবশিং
মখোযগী লেঙদ্রবা মবল ওইখিনি।

লাযববা ইচানা ফংজগদবা
সবকাবনা পীবীবা
অহোংবা মমলগী চেং চীনী
মপুকচেল শেংদবা এজেন্টশিংনা
পীবোই কৈদৌনুং লমজাশিংদুদা
অহোইনদুম কোনশিনখিনি খুৎচাও থাদুনা
লায়ববগী চেং চীনীদু
মখোয়গী লেঙদ্রবা মবল ওইনা
য়াফমসিদি থম্বু থমখিসি
হেন্না লুবা অমা লৈবি।
হে অশি লমদমগী লাই
নঙ য়াশক্কুনা হায়য়ু
ঐনা হযেং শিবগা
মীনা ইহুৎ শিন্দুনা
ভোৎ থাদপ্রবদি, পৈশা লৌথোকপ্রবদি

নঙনা মাবু থিংবা ঙমগদ্রা ?
হিংথৎ হেক্তা থৎপা ঙমগদ্রা ?
ঐ খঙঙী নঙ মদু ঙম্লোই
অদুনা ঐসু চৎপা ঙম্লোই
ননাক্তা চৎপা শুঙম ঙম্লোই।

নঙন এবু পদা যাদে হায়ববদি
পুখো অসিগী ডাক্তবসি
ঐখোযবু লাইযেংলীনা
অচান মীবাই নাইবসে
মথৌ মশক খঙদবা
ওইজবা থিবা ডাক্তবসে,
ঐখোয় ময়াম শোকমীনববু
হন্না যেংদে ঐখোয়বু মানা
ইনাক খুনবা যম্লইবগী মনা ওশিবুদি
যোর্মশিল্লী কনগদবগী খৃৎকন পঙ্গনবাসদা
মাবু কল্লগা মনা ময়ংনবা
অচৌবা ফমথোন কনবা।

যোংলৈ মেল্লৈ নাইবা তাইবঙাসদা
নুংদনা অমা পান্দনা অমা
শক্লোন নাইনা চৎলীবা
মঙম্বশিংসি পুখ্রো ননাক্তা
নিংথিনা ব্রাবক - বাতেমদুনা
মশাগীতা খনবা বাখলশিং
ওইজবা থিবা মচৎশিং
লোইনা তেংনা কোকথোকপীবগা
থাবীবকউ মালেমদা অমুক
মখোযনা পামজবা মীযামগী থৌগলদা
অচুম্বা খবদং ওইববসু তৌজনবা
তাকপী তম্বীবকউ মখোযবু,
অফ-ফত্তা তৌগদবা তৌবোইদবা

অমম্বনা ঙাইহিরবা অঙান

৩৪

অচান-মীবাই নাইদবা
চুম্না য়েংবা হৈবা
মীৎয়েং শান্না উবা ঙম্বা
মতিক চাবা লুচিংবা অমগী
চপ চানা ফববা থৌনা,
থৌনাদুমক পীবীবকউ মখোয়দা
ঐঙোন্দস্ পীবীবস্মু থৌজাল অমত্তং
চাওভলগী কুন কাবীগী
মথোয মবেপ শিংবা ঙম্বা
ইতু-ইচা কোনবা ঙম্বা
অফবা সমাজ অমদা
অচংবা যুম্নুবেম্বা অমা ওইবা ঙম্বা।

ঐগী নীংঙাইদা
মকোক ঙাওববা অশি লমগী লাই
চৎখ্রে হোয মাই হাযবমদনা
মানা চৎখ্রবা তুংদা
ঐগী মাংলুববা লৌশিং
তপ্না তপ্না হঞ্জিলক্লী।
ইহিং নাইহিং শাববা
হকচাং পোলাংসিনা
তুম্পক তাবি
হোস্পীতালগী নৈমাযদা।

১৪।০৩।২০১৩
শগোলশেল

## ইচাসে ওন্নখ্রমাল্লে

কোবৌ নুমিৎ অফবা
লোযদাম থাবুম অচংবা
ৱাংলেন পুংজা মতা-ফবা
কোবৌনা মমৈ ৱাইদ্রবা
থাবানা মমৈ চেন্দ্রবা
অদুগুম্ভ কালেনগী হুমি্ল পানবা
নুম্মিৎ অমদা,
ফংজখি ঐগী ইপাবি অমা।
অনৌবা অশানি ঐঙোন্দা
অনৌবা পুন্সিগী
খল্লী ঐগী পুক্লীংদা
ইচানা হযেং চাওবগা
চাওবা শবেপ ফাবগা
লৈবাক্কী ফমথোন পুহনগে
ওইহনগে ইচাদি
শাগৈগী মৈতাল অচংবা
নোল্লুকপা মতৌনা ইচাগী
শুমহৎহনগে তাইবঙ খুদিংবু।
ঐগী পুক্লীং ৱাখল মবক্তা
ইচানা নোংমা নোংমগী
হম-হম, ৱাই-ৱাই চাওবকপা
মকা লামজৈ পুক্লীংদা

**অমরজনা ভাইহ্রিবা অচৌবা।**

অদুবু ৱাজৈ ৱাখলনা
মীৎকুপ খুদিং শেনজৈ ইচাবু
নীশাগী কোমদা পুৎথখিদ্রনে ?
ফত্তবা সঙ্গনা হুমদুনা পুখিদ্রা ?
মতমগী হেল্লোইনা চেনখিদ্রা ?
মাংশোক ফাম্মেন নাইদুনা
খঙহল্লী মঙোন্দা
অচুম্বনা কবিনো
অবানবনা কবিনো
তৌহৈবনা কবিনো
নোল্লুকপা মতৌগী ফজবা লমচৎনা
পুশিন্দুনা থমনীংবা ইচাবু
ইচাবু অসুক কন্না শেনজবা
ৱাবক চেৎপা ঐগী শিন্থোংদগী
কবম্বা শেন্নহৌদবা মীৎকু প্তা
ওইখিবনো খঙদনা ওইবকই
মীকী লাইকীদবা অমা
নোল্লুকপা মতৌ ফজবা লমচৎনা পুঞ্জববসু
লাল্লুবা য়াদে মঙোন্দা
শিংনবকপবুদি তেমশিংনৈ
"নচা লৌথোকউ ইচা শুমগে"
"নপোৎ লৌথোকউ ইপোৎ থমগে"
"ঈ পীযু নীংতম্বা পুবক্লে"
ইচাগী অসিগুম্বা মচৎনা
ওইহল্লী ঐগী অৱাবা
নীংবা কায়না খল্লী ইদোম
ইচাসে ওন্নবে,
পুমওন ওনখ্রমাল্লে কনাগুম্বগা

ম্রাফমসি মমানদি য়ানীংদ্রি
মমাদি নোকলী নোকপতমক
নোক্লা নোক্লা হায়বকই,
ইচাসে ওন্নদে, কনাগসু ওন্নদে
মমা ঐনা পোকচবা ইচানি
মাদি মতমসিগী মীনী
হোংলক্লীবা অহোংবসিদা যাওবকপা
মতমগী ঈশিং নুংশিত্তা চাওবকপা
মতমসিগী চপ চাবা নুপানি
ইচাদি ওঃদে কনাগসু ওন্নদে।

১৭।০৩।২০১৩
নোমাইজিং

অমরনা ভাইরিবা অঙাশগ।

## ইমা

নঙনা নোংমা লাকখি মালেমদা
তাইবঙ মপুগী নোংদম পুদুনা
পুক্সি শিঙ্খা শিনবাংনবা
মপুগী থৌগায মপুং ফানবা।
নঙনা তাইবঙ ফাওবকপদা
শুকতোকখি পামজদবা কযানা
হবাওনা কোঞ্জখি খোযদাজবা কনানা।

কাংখুল অমত্তদগী শাংলক্লবসু
যেংবী নঙবুদি হম্বুবা মীৎযেংনা
উবী অতোনবা মপোক্লম
হাযনবী, ফত্তবনা যোন্নবা হকচাংনি
মদোম লেপচবা ঙমজদ্রবী
উবিগা পাংখক্লী তাংজবী।

অপংবা ব্রাখলগী লংলানা শেম্বা
অবানবা চৎনবীগী লীপুন্না
পুনক্সিবী নঙবু মীৎকুপ খুদিং
নীংতম্না লেঙ ওৎপা ঙমদনবা
কৃপশিনবী অবানবা চৎনবীগী ব্রাখলনা
যোর্মাশনবীবি অমনবা চৎনবাগী কুযোম্না
পুক্সিগী তাঙ্কক তাঙ্কক খুদংদ।

পাওথোকপী নঙবুদি কলকচবশিংনা
মতু শোনবীনী, নৈতৎপীবা যাবীনি।
শান্নপোৎ ওইনা উবীবি
পৃক্লীং বাখল থেনবশিংনা
মযাই কাববা ইন্দ্রীগী অপাম্বশিংনা
মীৎকী অপেনবা ফংনবা পোৎকুম
যেংবী নঙবু শক্লোন কযাদা।

পম্লমকসিবু নাথৈবদুনা
নঙ্গদি লেপ্লকই শাহৌ ফনা
কালেন লৈতংগাযলক্কী লৈবাং
লৈপাক্লি-গুম।

মপুগী শিন্থা তুংইন্না
মপু পৃম্লমক্তগী অংগাইবা
মপুবোইবা মাগী মকাযদা
মুম্লেপ চাবা তমদুনা
তাইবঙদা ধবা শক্দোবকপা
মতমদুদা মযেক শেংনা উবকই
নঙগী নুঙগী ওইনা নপাঙ্গল
পৃক্লীং চেৎপী ননমচং
অথাং কনবী নহৈন।

নথানুংদা থাবুম তবা নাওপু
নপাবী নমোম্না তাইবঙ ফাওবক্লগা।
ফৈবা থক্তা ফৈবন্নদুনা
খোম্লাং মাযোক্লগবা

**অময়না ভাইরিবা ৯৬।৯৭।**

খঙলকই নঙগী অথোয়বা নগুণ
মতমদুদা ইকাই খুম্নে নঙবু
'ইমা' হাযনা খ্বাইনা মালেমদা।

মদুনসু লোইনাইদ্রি
নপাবি নমোমশিংবু নমদা পোদুনা
অঙৈং-অশা নোংজু নুংশা থিদনা
মপুগী শিন্থা শিনবাংজ
পুন্সি থৌগায মাযোক্লজ
অহীংগী মতম ওইবগা
খুত্তা মৈবা পাযদুনা
ঙাকচৈ-শেঙ্গে কঙ্গেদো
নথানুংগী নপাবি নমোম্বু
তাইবঙ ওইবা কযাবু
মতমদুদা অহোইনদুম নঙবু
কৌনজৈ শোনজৈ ইকাই খুম্নজৈ
ইমা হায়না খ্বাইনা ম'লেমদা
অখাং কনবী নঙগী থৌনা
হেন্না হেন্না মযেক শেংলকই
মৈদা ইক্লবা, অহিংবা সনাগুম।

১৭।০৭।২০১৩
সিংথৌকাবা

## মীগী মমল

মীগী মমলসিবু কযানো ?
থৱায় পানবা মীগী মমলসিবু
কয়ানো ?
মফমসিদা লমদমসিদা মতমসিদা
নোংমা কাংদনা হাৎন শুনবি
মীহাৎপুং ওইববা লমদমসিদা
শান্তি, অহিংসানা কিদুনা
লোৎলবা লমদমসিদা
লৈবা য়োনবা যাববা পোৎকুম
মীওইবগী মমলসিবু মস্তীক্লবিব্রা ?
মীগী মমলসিবু কয়ানো ?
থৱায় পানবা মীগী মমলসিবু
কয়ানো ?

সিফাইগী মী ওৎ-মীনৈদা
যুমদগী ফাদুনা পুবীগ্রগা
শাশিন্নবা খুৎ থোক্লবগী লান্দা
হাত্তোকপীগ্রবা থৱায়শিংদুগী মমল কযানো ?
চীংনবগীদমক, শক মান্নবগীদমক
কাপ্পুনা হাত্তোকপীগ্রবা লাঞ্জদবশিং

অমম্বনা ডাইরিব। ১৬।৮। ।।

৪২

বোম পোকখাইবদা নোংমৈনা কাপ্পদা
নমদুনা শিহনবীখ্রবা তোপ্পবা থবায়শিং
থবায়শিংদুগী মমল কয়ানো ?

মচেৎ তান্নবগী লান্দা
কাংলুপ মশেলগী য়েংথিনবদা
মীনুংশি লৈতনা লোইশিনবীখ্রবা থবায়শিং
অফম্পাগী শক্তিগী মকমদা
নমদুনা পীখমনখ্রবা থবায়শিং
থবায়শিংদুগী মমলনী হংলীবসি
কয়ানো ?
লমদমসিদা হাত্তোকপীখ্রবা থবাযশিংগী
মমলসিবু কয়ানো ?
মীগী মমলসিবু কয়ানো ?

লৈখোক্তগী লৈচা শেত্তুনা
থবাযগা হকচাংগা খাইনহনখ্রবা
মবাল লৈজদবী চমজববীশিং
চনু নিঙোলশিংদুগী মমলবু কয়ানো ?
শিশি শিঙমদ্রবী
হিংসি হিংঙমদ্রবী
মীনা ফিজি ফিনা শোকপীখ্রবী
ইকাই ফিকক খুমহৌববী
লমদমসিগী চনু নিঙোল কয়াগী
পুক্সিবু মনতিক্লবিখ্রব্রা।

লৈবা যোনবা য়াবা পোৎকুম্না।
সবকাবনা লেপ্পা
চেং তন্নাইগী মমলগুম
লৈবীখ্রবা মীগী মমলসিবু কযানো ?
এক্স গ্রোশেযাদগী ফংবা
লুপা লাক্ক অমা, অনী, অহুম
নৎত্রগা মবি
লৈখিদ্রবগী নক্লবা ইমুংগী মাওইদা
চানবা সবকাবগী থবক অমা পীবা
মসিনা ওইবিব্রা মীগী মমল
মমলসিবু পীববদি মনত্তিক্লদুনা
পূম্নমক যাবদ্রা লোইশিনবা কুপশিনবা
কাদনবগী অবাব মৈচাক
পীংঙমদবগী মীংকপ মীদা ওখোল

থাবক্লবোইদ্রা লমন খুম্নীংবগী
নুংদা ওমদুনা লৈহৌবিবা মৈবীশিং
মখোযনা পীবা মমলসি ফংলবা
মেনশিনবা ঙম্নদ্রা
নৌনা লুখ্রা ওইহৌববিশিংগী অবাৎপা
মপুবোইবা কাযনবগী অব্রাব
তুংগী শাংলবা পুম্নিদা
মপা লৈত্রবা মচাগী মফমদা
মেনশিনবা ঙম্নদ্রা মপাগী অব্রাৎপা
সবকাবনা পীবা মীগী মমলসিনা

**অমম্বনা ঙাইরিবা** অ...।

২৪

থিংবা ওল্লদ্রা

মচা, কায়নববী মমাগী
মপুবোইবা কায়নববী কনাগুম্বীগী
মীত্তগী শিন্থবকপা পীগী ইফুংশিং
কোকহনবা ওল্লদ্রা ?
থম্মোয়দা তাহৌবা কায়নবগী
অব্রাবা মৈচাক্কী দাকফমশিং।

১২।০৪।২০১৩
ইবাই

## অমম্বনা ঙাইবিবা অঙানবা

অমম্বা অহীংনি ঙসিগী কংলৈপাক
শাথিনা মম্বা অহীংনি
মায়কৈ শলাই খঙদ্রবা
ইশাগী ইখূৎ হাযজবদা
ইশানা উজবা ফংদ্রবা
থা থবানমিচাক্কী মঙাল
মচেৎ অমত্তা ফংদ্রবা
অমম্বা অহীংনি ঙসিগী কংলৈপাক।

অমম্বা অহীংসিগী খুদোংচাবা লৌবদুনা
বাখল মপুং ফাদ্রিবা নহাশিংনা
তাওবী নীশাগী ইপাক্তা
ময়াম কানা শান্নবি
পুন্সিগী অর্থ কবিনো খঙদনা
পুন্সিবু চন্নফম লৈহন্দনা।

অফ-ফত্তা খম্বুবা ঙমদ্রবা লুচিংবশিং
মপী-মপা ওইবা লৈভাকপশিং
অমম্বদা কনা উদ্রিদৈদা
মচাক মবল তানাশিল্লী
শেঙ্গা থুমজা ভৌদুনা

হয়েংগী মচা মশুশিংগীদমক
কিম্ছুবা নিংখাইবা ঙম্লবোইদবা মওংদা।

হ্বানবনা মউ লিংলবা লমদমসিদা
হুবা যাবমখৈ হুর্নবি
হযেংগী মখোয মখোয়গী
মনীং ফুন্নবা।
হুবানববু ফাদুনা ব্লাযেনগদবা কাংবুসু
শেঙ্গা থুমজা তৌবি
হ্বানবা ফাবগা শেল লৌদুনা থাদোক্লী
অমম্বা অহীংগী খুদোংচাবা লৌবদুনা
ঙসিগী অমম্বা কংলৈপাকসিদা।

ডাক্তবনা অশোন-অনাশিংবু লাইযেংলি
মখোয়গী মমীত্তা উবি
অশোন অনা খিবীকসিবু
নিক্লীমখৈ কেল্লগদবা
শেনবুন শেনবুন হেকপা যাববা
শেলগী পাম্বী ওইনা।

মথোৎ কাবকপী লৈশাবী
ঙস্তা মুম্বাল্লুবগা ব্লায়োং চাদ্রবীশিং
মচা-মব্লাগী চেকশিনবা য়াওদ্রবশিং
কেকু লোৎপী শান্নবি
চাকথোবী শান্নবগী মুম্বালমীন্নবি
খ্বাই-খ্বাই মাংবী ঙম্বী তর্নবি
কোংথোকপী অপাবী

হকচাং কুপ্পা থুংদ্রবা,
ফিদৎ ফিগাইগী ফিজোল শেত্তুনা
অমম্বা অহীংগী খুদোংচাবা লৌনবি
কনা খঙলোই উবোই মতাঙ্গুম
ঙসিগী অমম্বা কংলৈপাকসিদা।

অহীংগী অমম্বনা সুম  সুম মমশিল্লক্লবদা
লম্বী লমজাওদা কোযনা চংলি
মীতম শাকোক পানবশিং
মতু চোম্বা মীবোল লোনবাশং
শবাক তম্লী মখোযনা
অফং অফংবা নুপী অঙাং খাক্লনা।

শানাক তমখিনি 'কনন'
লেংলী চমজববী চন্নশিং
ঈজংপু চেকশিন  খোমজী জবীশিং
থোঙগী পৌবোল তরেং খদ্দন
মপল-পস্থৌগী মকমদা
পলেম ওইবী কযাগী মথানংদা।

পলেম শকপী ইমাশিং
খাংজেং মচি লাংদুনা
খুত্তা মৈবা পাযদুনা
থৌনা ফনা চোংথোবক্লী
অহীংগী অমম্বগা লানথেংনবা
কুফেৎ কাফেৎ ঙানবা তন্দনগুম
ঙাল্লবী মৈবাগী মঙাল্লনা

**অমম্বনা ঙাইহরিবা অঙ.নবা**

মচি মচিদা সহ্‌বদা, খুঙ্গংদা,
লোইজীং লোয়াদা
ঙসিগী অমম্বা কংলৈপাকসিদা।

লাওবক্লি মায়কৈ মবিমক্তগী
অমত্তা ওইবগী খোল্লাওদা
অমম্বা অহীংগী চৈনা ফংলবশিংনা
"হে অমম্বা অহীং
নঙনা ওৎপদা খাংবা ঙমদ্রে
ক্লাবে ঐখোয়
অঙানবা মাবু ঙাইবদা
শ্বব ফুনজিল্লক্লে ঐখোয়
লেঙম শাঙমদ্রে
অবেং অবেং পুখবক্লে
নমথি হানৈববা ফত্তবগী কোমসিদা
শেঙ্গা থুমজাগী কোমসিদা
ফৎত্রবা নীশাগী ইপাকসিদা
লৈখা তাববা ঈজৎকী কোমসিদা।

হে অঙানবা নঙবু লাকলোগবা
তবং-তবংবা অয়ুক্কী মেঙলবা মঙাল
লাক্লো নঙবু খোঙলৈ থুবক্লো
নঙনা খোঙলৈ তপ্পবদি
ইক্লাত্তিসে পুময়োৎ য়োৎথ্রগনি
ময়া লাওনা কাথোক্লীবা
শাথিনা অমম্বা অহীংসিনা
মক ফংনা মাংহনবীথ্রগনী মীবোলসিবু

শাথিনা মপ্পা অমম্বসিনা
অদুনা লাক্লো হে অঙানবা
নওতবুনি ঙাইবিবা মীবোলসিনা
ঙাসিগী শাথিনা মপ্লবা কংলৈপাকসিদা।

তরু-তরুনা মেংলবা
অচুম্বা-ফজবা অশেংবতনা যোম্লবা
অবানবা ফত্তবশিংবু মাংহনবা ঙম্বা
অচুম্বশিংনা জয ওইবগদবা
হে তরু-তরুবা অঙানবা
নংতর্বুনি ঐখোযনা খৌবাংনা ঙাইবিবা
অমম্ববু কোকহনগদবা হে অঙানবা।
লাক্লো নংবু হে অঙানবা।

৭।৪।২০১৫
নোংমাইজিং

## নুংশি থোইবা

হে নুংশিববা-ও
থম্মোযবু ঙাওহল্লিবা
নখোঞ্জেলতনা তাইবঙশিন্ন নীলহল্লীবা
নুংশি থোইববা জীবা ও
তাবিনে ঐনা নঙগী খোঞ্জেলসে
কোবৌ মানদী তাখিবা
মালেম শিন্না স্মশিল্লকলা মতমদা
তাবিনে নঙগী খোঞ্জেলসে
ঐনা অমুকসু
অহীংগী মমৈনদি ওইবকপা
অঙানবা মচুনা মালেমদা লাক্লমদাই।

ইঙা-ইঙেন য়ৌবক্লে
তাইবঙশিন্না পাওজেল্লিবা
মালেম থুংনা পাওতাকলীবা
নুংশি থোইববা জীবা ও
নঙগী মেঙলবা খোঞ্জেলদুতবু
তাজনীংঙীনে ঐনা
চীংজীনগী ইঙা নোংলক্তা।

হৌরো হৌবো য়াহৌবো

ষণপোৎ পুপু লাক্কুনা
খোইগাইকবো নবৌদো
চহীগী চানবা থাজীলহৌকবো
কুমগী নোং লাক্লে
পাওজেল্লীবা নহাকপু
পাওতাক্লীবা ও হে নুংশিববা
তাজনীংঙ্গীনে ঐনা নঙগী
থোৎনা মেঙলবা নখোলদুতবু
নোংঙাল্লমদাইগী অঙ্গৈংবা
নামীবা মলযা ইপোন্নক্তা।

থম্মোযবু শুক্কাৎলিবা
পূক্লীংবু লাংতক্লুহলীবা
হে নুংশি খোইববা ও
কবি কৌর্বসিগেনে ঐনা নঙবু
কৌর্বসিবনে নঙবু শকখঙদা জীব
হাযবসিবনে নঙবু চেক্লা হাযনা
চেক্লা কৌসি কৌঙমদবী
কৌনৈ নঙসে মীয়াম্না
হবিনোংনাং হায়না নুংশিনা।

অদুবু, ঐনদি হাযনিংঙি নঙসে
ওইহল্লী নঙসে ইফমদদি
চাংযা তময়া থিদনা
মালেম শিনবা থুংনা পাইদুনা
তাইবঙদা ইঙা-ইঙেন লাক্লে পাওতাক্লীবী
তাইবঙগীদমক ব্রাজবী

**অমম্বনা তাইরিবা অঙানবা**

৫২

তাইবঙ থাম্মোয়বু নুংশিবীবা
মীনুংশি খঙবী জীবনী
মীওই পোক্কীদমক কখোল্লবী
ইতিহাসকী ব্রাবী শিংবুল অমগী
নহৌনা নীংশিং খুদম্মী
উপায় লেতবী পুন্সি অমগী
ব্রাবী শিংবুলবু কোকথোংনবিবী
পৃক্লীংবু নুংহিক্রহল্লীবী
থম্মোয়বু শুস্নাৎলীবী
চেক্লানি তাইবঙগীদমক কখোল্লবী।

হে নুংশিথোইববী
মপুগী শিঙ্খা পুদুনা লাক্লীবী
মালেম তাইবঙদা পাওতাক্লীবা
ইঙা ইঙেনগী মপাও পুবী
তাইবঙ যুমথোং খুদিংদা
শুবগী খোম্থাং যৈবীবী
চেক্লা ও হবিনোনাং
নঙদি অথোইবা মকপ্পি তাইবঙগী।

২৪।১০।১৯৯১

## তম্নলাই

মীৎসিনা তক্তনা উবি
অকিবগী শক্তম খবা
শকহেনবী কনাগুম্বী খবা
মচু কযানা লৈতেংলী
মীৎকুপ খুদিংগী ফিজোল হোংলী
হেলোইবা মতমসিগী ?
তম্নলাইবা মতমসিগী ?

হেক উবদা হেলোই মাল্লি
ভকশং ভাংনা শংজল্লবা চীনাবাল
শাংদ্রোং শাংনা থাক্কিবা খুজিনাশং
চেনিবা অভাংবা মচুশং
শামুম পাবু মুসুক মুহন্দুনা
চাংচবীগী শক্তম লৌবদুনা
তোংশাবু মচেৎ মচেৎ শেংনবগীদমক
মীওইবগী ঈ চুপ্লবগীদমক
লপ্পবিত্রা মীংমাংসিদা ?

মীৎকুপ খুদিং শক্তোন হোংলীবী
পুংজা খুদিং ফিজোল হোংলীবী
হবা। অথুবা অমম্ব -লম্বীদা

অমম্বনা ভাইরিবা অংলাপ

থোঙ থোঙনাও লোনশিনখ্রবা
মথোল নাইবা হোটেলগী কানুংদা
মতমগী লৈনম চেন্দ্রবী লৈবাংলা ?

মফম খুদিং নযুম ওইদুনা
হিদেন খুদিং পম্বুং ওইদুনা
য়ুম্নাক খুদিং শাগৈ ওইদুনা
ললোলিব্রা নখোযনা
তৌবিব্রা তোংশাগী কাববাব
হিংনবগী লানফমদা হিংনবগীদমক
শেন্দাল্লীব্রা নখোযনা
ইবাং কৈথেলদা
ঈজৎনা শেল্লেপ ওইদুনা
ব্রাদনা নুংঙাইগে খল্লীব্রা ?
শুদনা অহাওবা চাগে খল্লীব্রা ?
কবি ব্রাখলনো নখোয়বো
নখোযগী অহেনবা মচৎনা
মশক থিহল্লির্বনি খুনাইসিবু।
নখোয়নদি খল্লী অসুম্না
মতমগী চৎনবীনি
মতমগী অহোংবনি।

নত্তে মসিদি মতমগী চৎনবী
নমশিনবনী নখোযনা মীবোর্লাসিবু
অপৎ-অপুমতনা থল্লবা
লাইনা-লাযথুংগী কোম অমদা
নখোযদি অখাং কনবী শকুন্তালা নত্তে

লিংজেল লৈবী দ্রৌপতি নত্তে
মতমগী মহিকপুবা মালংবগুম
হু পুদুনা চৎলীবা হকচাংনি।

চৎত্রো লোৎত্রো লাপ্লা
উনগী মপৈ মপৈনা
নুমিৎকী মৈশাদা তুম্বগুম
তুমখ্রো নখোযসু
মীযামগী অথিবা মীচৈংসিদা
অমুক হন্না হল্লক্ত বা ওইবো
ইবমদম লমদমসিদা ।

১।১১।১৯৯১

## অহিংসা

বাপুজি হে অথোইবা
নঙবু কৌনৈ ইজাতিসিনা
"ভাবত জাতিগী মপা"
তশেংনমক নঙদি অথোইবনি
জাতিশিগী, মীবোলদুগী।

ঐসু ইকাই খুম্নজবি নঙবু
পুন্সিনা হেক জ্ঞান তাবকপা মীৎকু প্পুগী
মীৎকু প্পুদগীনা ওাস ফাওবা
নঙগী হৌখ্রবা ব্রাবীনা
অমব ওইহৌববা পুন্সিবোলনা
লেঙদ্রবা ফিদমগী মৈবা ওইর্বি
তুংদা লাক্লিবা কযা-কযাগী।

অদুবু বাপুজি হে অথোইবা
নঙবুদি জাতিসিনা ইকাইখুম্নববসু
ইকাই খুম্নবীদ্রে লমদমসিদা
নঙনা হৌদোকচবস্বা অহিংসা নিতিবুদি
যেংস্তু ঙসি লমদমসিদা
ভাবত জাতিগী মচা ইলমদমসিদা
নঙগী চাদা নৌদগী মাবোল চবা

চনু নিঙোল অমগী অন্নাববুদি
উবীদে, হন্না যেংবীদ্রে।
চনু নিঙোলসিসু অহিংসা নিতিবু
থম্মোযদা চেৎনা কোঙদুনা
হিংসাবু মায়থিবা পীগে তেমশিংনজবিনী
হিংসানা মপাল শাৎ
মউ লিংলবা লমদমসিদা।

কনাদসু লাঞ্জদনা
কনাদসু কাযজদনা
ঙাইবিবনি নুমিত্তো
অহিংসানা হিংসাবু মার্যথিহনগদবা।

বাপুজি নঙনা হৌদোকচবস্বা
অহিংসা নীতিবুদি ইকাইখুম্নবীবা লমদমসিদা
কাবগী মীবাইবিবি চনু নিঙোলসবুদি ?
কবিগী মীবাইবীবি মাবুদি ?
কবিগী ফাজীন পুনশিন্দুনা থম্বীবি ?
ঐগী মীগী নাইবা থৌশিলনা
অচান মবাই নাইবা মীৎযেংনা
কবিগী লান্না উহনবীবি মাবুদি
লাঞ্জদবী মঙোন্দা ওৎপী নৈবীবিবসে
নঙগী অহিংসা নিতিবু খোংগাওনবিবসে
অচুম্বা মচৎনি হায়জগদ্রা ?
নঙবু ইকাই খুম্নবগী অর্থ থোক্লীব্রা
মীবোলসিগী অসিগুম্বা মচৎসিনা
ফাওহল্লে ইফমদা তোখাযনীংবগী ব্রাখল

অমম্বনা ঙাইরিবা অ...

নবমদম নজাতিসিবু নুংশিদবগী ৱাখল
পুনবা পামদ্রে ঐ
অসুম্না তোম্বনা
নঙগী নবোই ননাও
পাবি পুবি ওইবশিংনা
লৈঙাকপা নঙগী নবমদমসিদা
মীৎকুপ অমফাওবা লেপ্লীংদ্রে ঐ
মচু অহুমগী ফিবালসিগী মখাদা
শকনীংদ্রে ইচিলসিনা জাতিগী ঈশৈ
হৌজিকতি ইখৌ পোংনা লাওনিংলে।

থোবক্লো লাক্লো ইবৈশাশিং
অহিংসা নীতিবু ইকাইখুম্নজবিবা
চনু নিঙোলসিবুদি কলহৌবসি
তমথিববা হিংসানা পুময়োৎ য়োৎত্রিঙৈদা
হয়েংগী তুংগী মীবোলগীদমক
ঙসিগী ইজাতীসিগী
অশেংবা মৈবা ওইহৌনবা
মাগী মৈবাগী মঙালদা
থিহৌসি ঐখোয় খুদিংমক্লা
নীংতম্বগী অশেংবা ৱাহন্থোক
নীংতম্বা জাতী অমগী খুনাই অমা।

২।১১।২০১২
"শৈবেং অসিমক শর্মিলাদা কৎচবা শৈবেংনি"

## নাহেখোল

চহিগী পোৎলুম্না লুমথববা
পাঙ্গল ময়েং তাববা য়ুন্নুবেন্না
ব্রাখলগী পোৎলুম্না নাম্বুবকলি
শাগৈশিগী, ইমুংশিগী
মচা-মশুশিংগী মতৌদা।
শুনিংদনা অহাওবতা চংনিংবা মচাশিং
হেদো-হেবাও কানা নুংঙাইবি
শানৈ-যুনৈদুনা মতম লেল্লী।

তুংগী হযেংগীদমক
চেকশিন খোমজিঞ্জদুনা
য়ুন্নুবেন্নী ওইহৌগদবী
মমৌশিং মচা নিঙোলশিং
ঙাইহাক্কী অবং-অবাক্তা মীৎ থক্লী
কুম্মৈগী ইথক ইবাংদা তাওববি।

শাগৈসিগী পীবাবেল ওইবশিং
তুংগী য়ুন্নুবেল ওইবিবা মশুশিং
নিশাগী কোমদা খঙনা-খঙনা
হনবা নাইদনা কুমথবি
শুম চাববা য়ুন্নীগা পাংখক ওইবি।
য়ুন্নী মখোয় তুপশিল্লকবা

৬০

উবা-হুমদাং কোমথবক্লবা
চৈঙাক লৈত্রবা য়ুমজাওনা
কয়াম কুইনা লেপ্পা ঙমগনি?
য়েংবদা নিংথিনা উজববসু
মবিল ইহো-হোববা
মশাগী পাঙ্গল য়াওদ্রবা
ফোপ-ফোপ লাওববা য়ুম্নুবেন্না।

মচাশিং মমৌশিং মশুশিংগী
নোংমগী পুকচাক্কীদমক
মখোয়গী হবাও খেনফমগীদমক
ইবাং কৈথেল মাযোক্লনবগীদমক
লৌবি-যুম্ফম্না
মচেৎ মচেৎ কায়থবক্কী
য়ুমদাংবনা তপ্না তপ্না য়ুমলীংলকই
কৈগী চুম-শো
তপ্না তপ্না পাযশিল্লক্কী।

মফম খেনফম তাঞ্জাসিদা
চহীনা লুম্লবা হনুবা
রাখলগী পোৎলুম্না নম্থবক্কী
নাহেদুনা খাংলী
অবোইবা মতম ঙাইহবি।
মহাক্লা চৎখ্রবা তুংদা
নিলহৌবনি ইমুংসিদা
সুপ্নগী নাহেখোলখক্তনা
মচাশিং মমৌশিং মশুশিংবু
মীনা ওৎপী নৈবীবগী নাহেখোলতনা।

১২।০৫।২০১৩
নোংমাইজিং

## নঙ ওইবগী হায়বনি

ব্রা অমত্তা হায়গে চানবী
নাপ চীক্লা, কনাসু তাহন্দনা
নাকোং অনী শুবা য়াদে
হকচাং তঙ্খায়নি খন্দুনা
নঙ ওইবগী হাযবনি চানবী।

লমদর্মসিগী ব্রাবীনি
সনা লৈবাকসিগী মবমদনি
মতম অমগী সনা লৈবাক
কাং-খোং চাইববনি ঙসিদি
ঐদি চমজবিবনি হায়দুনা
চুমচং চংপা য়াদ্রবনি
ফৈবেংননা থাংলবসু
ফৈজৈ চত্তুনা তুবনি
মীঙোন্দদি হায়দোকলুনু
নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

মীহাৎপুং ওল্লবনি লমদমসে
মীপুম খুদিংমক শক্তি লৈবনি
মী হাৎপা ঙম্বনি
যুম শিদোকপা, থুদেকপা

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙাম্ব।

৬২

মৈ থাদোকপসু ঙম্বনি
অচৌবসু মচাসু
অপীকপসু পীকক্রে পীকপসু
মখূত্তা শক্তি লোইনা পায়বনি
মাংদা তুংদা নাক্তা য়েত্তা
শক্তি লৈবশিংনা পানবনি
অকনবশিংগী চাংয়েংনফম্মী
মীঙোন্দদি হায়দোক্লুনু
নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

খূৎলাই পায়বশিংগী মশীংসু
শৌগ্রী যুংবগুম যুংবনি
মীগী মমলসু লৈত্রবনি
কাপ-কাপতুনা হাৎপনি
শা-ঙাগুম হাৎপনি
সিফাইনসু শ্যাশিন্নবনসু অশেংবনসু
মবাল হংলুনু
অশিবা মীগী মবালদি
কোকথোং-কোকথোং লৈবনি
অশেংবা খবা, শাশিন্নবা খবা
মবমদি
অশিবনা কৈদৌনুং
মবাল লৈতে হায়না লাওদবনি
নক্রুবা লৈকায় মীশিংনা
মচিল মনাও, মপা: মচাশিংনা
কপচবতনি লাওজবতনি পেন্দবগী
মীয়াম হুপকনি

ইবাং হৌগনি, ইহৌ শাগৎকনি
লম্বী থিংগনি, মৈ থাগনি
ৱাহৌদোক্তি ময়েক শেংগনি
ৱাবোইশিন্দি চনৈনগনি
মদুসু শেন্দালফম্নি অহৈবা কয়াগী
মদুসু অচৌবা কুম্মৈনি
বন্দ য়েংবা হৈবা কাংবুগী
মীঙোন্দদি হায়দোক্লনু
নাকোং অনী শুহ্নগনু
নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

হোংলবনি হৌজিক্তি লমদমসে
পুমহোং হোংলবনি ঙসিদি
অঙীং অশাগী খল কাযববনি
নোংজু নুংশাগী মতম নাইদ্রবনি
চীংসু মরু কোক্লবনি
তুবেলসু মবিল খুজিল্লবনি
লোক্তাকসু থেঞ্জীলক্লবনি
মহৌশা খুৎশেমসু মকোক ঙাওববনি
মী মান্নবা খম্ভবা ঙমদ্রবা
মশাগীদা খনবা ওইজথিবশিংসিনা ওৎপদা
লোইবা তাববনি লমদমসে
মীঙোন্দদি হায়দোকলুনু
নাকোং অনী শুহ্নগনু
নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

লৈহৈদ্রবনি লমদমসে

অমম্না ঙাইরিবা অঙা

তাহৈ-উহৈদবনা পীক থল্লবনি
অহোংবা খুদিংমক
লোম্বোক্তবা মতমদা তাইনবীবনি
মীওইবনা শা-ওল্লকপসিদা
অচুম্বা-ফজবা অফবা
ময়েক শেংনা উবক্তবনি
ফিজেৎসু হোংলবনি
চাকচা-যুথকসু কাযববনি
অঙাংগা অহলগা তায়ওন্নববনি।

মথোৎ কাবকপী লৈশাবীগী
ব্রাই-ব্রাই তাবা শল্লাং
উবা ফংদ্রবনি মতমসিদা
নুজাগী শল্লাংদা তাংজবী
চেংহিগী নুংশিবা মনমসু
লাপ্লা চেনখিবগুম
থিবা ফংদ্রবনি মতমসিদা
নুপা নুপী চপ মান্নববনি
ফিজেত্তা, শাজত্তা, শকওংদা
নুপানা নুপী কোইবগুম
নুপীনা নুপা কোইবনি
শিংলগা অফবা হংবনি
তাঞ্জা চাবগা খুৎচাবী ফংবনি
পংলগনা মীশি চাদবনি
লৈবাক ব্রাথোক ওইবনি
মীঙোন্দদী হায়দোকলুনু
নাকোং অনী শুহনগনু

নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

মৌনা নৈশাবী শাববনি
ফিজেৎ চাকচা খেন্নদ্রবনি
মতৈ-মকু উবগা
মকোক মক খুমদ্রবনি
মপুবোইবগী মকম থুপনদ্রবনি
লমলানবা কনাবু উবগা
তাশিন-খোমজীন্দ্রবনি ফিজি-ফিনা
অহোইনদুম শাবা-ফাবা থোকপনি
অউবা কনাগী পুক্নীং লমহেনবা
লোইনমক্না তৌদ্রবসু
অতৌবগী মশীংনা নীক্লবসু
মৌনা নুপা ময়ুমদগী
ময়ুম অমুক পানবদা
ইকাইনদ্রবনি লমদমসিদা
অসিগুম্বা অহোংবসে
মতম মঙোন্দা তাইশিনবীবনি
মতম্না পুবকপা অহোংবনি
মতমগী চৎনবীনি হায়জীনবীবনি
মীঙোন্দদি হায়দোক্লনু
নাকোং অনী শুহনগনু
নঙ ওইবগী হায়বনি চানবী।

মতম্না পুবকপা অহোংবদা
মীনা হোংলকপা অহোংবদা
নঙদি য়াওকখিনু চানবী

নপুবোইববু ইকাই খুম্নখো
মীৎনা উবা ঈশ্বরনি খঞ্জখো
নকু-নতৈবু উবগা
নথক থোংবশিংবু উবগা
কোকখুম ফিবু থাদোকখিনু
খোয়ঙ্জি খাদা ফি-শেৎকনু
খ্বাংগী, খ্বাংশেৎ থাদোকখিনু
লমলানবা কনাবু উবগা
খোমজিন-তাশিঞ্জৌ চবৈ ফি
ফিজি-ফিনা শোকখিদনবা
ঝাখল পূক্লীং লমহেল্লক্তনবা
নঙগী লুতুং শল্লাংসু
ঝাই-ঝাই তানা নিংদু য়েহনখো
নঙগী শংব্রে মনাগী চেংহি মনম্না
মালংগী ইপোমদা তাওজখিসনু
মীনা চৎনদ্রবীনি হায়জসনু
নঙগী নাপদা নাচোম থেংখো
লুতুংগী শমজিবৈ লৈবাং খুইথহনখিনু
লমহেনবা কনানা নফমদা
মীৎযেং কাবল চংলকপদা
পাম্বগুম নথৌনা উৎলবসু
মাংহনখিনু ইফমদগী
তাংজবী উবিগী মতৌদো
নোঙ্কুকউ ইফমদদি
নুপী ওইবগী লেমজনফম ওইবা
খোইকম যোমোন মীনোক্তো
তৈশিনবা শংজিনবা য়াওদ্রবা

ইচম চম্মা ফজববা
য়েংবগী পেননাইদ্রবা মায়থোঙদুনা
পূক্লীং হুনা ফজববা
নুজাগী মীৎয়েংদুনা
ঐনা পামজবগী হায়বনি
নাকোং অনী শুহনগনু
নঙ ওইবগী হাযবনি চানবী।

১৪।০৬।২০১৩
ইবাই

## সনা খোংনাং

হে সনা খোংনাং
লাই ওইববা সনা খোংনাং
ঙসিদি নঙ কপ্লবোই
ফিভম কায়ববা
নশাগী শক্তম্ব উবগা
লাইবক থিববা মপোক্লী খন্দুনা
নদোম তুমিন কপ্লবোই।

ঐসু নীংশিংলি ঙসিসু
নঙগী মহৌশাগী
ফজবা শক্তমদো
ঐনা হেক জ্ঞান তাবকপদা
লেপ্লমী নঙনা মফমসিদা
খুনসিগী থোঙজিলসিমক্তদা
খুনসিগী থোঙশঙবা ওইনা।
ব্রাং চাওনা ফজনা
নশা নবেং ফল্লদুনা
শক্তিবুগী অমংবা নোংলক্তা
শংত্রিক শংলবা নঙগী মনাশিংনা
জগোয় শাখি হাইনা হুম্না
মালংবগী তাম্বাদা খুখেক চানা

পোশ্বী চেক্লা শঙ্গু-শঙ্গুনা
চিল্লোক্লখি নঙগী ফৈবাথক্তা
মহুম পোঞ্জেল শাখি
লমগী চেক্লা কযা কয়ানা।

মালেমসিবু শেগাইবগে মতাগুম
শিংলকখিবা নোংলৈ-নুংশিং মবক্তা
নঙনা লেপখি
পন শাদুনা ফিভম কায়দনা
পোশ্বী চেক্লা শিংগীদমক
লাযববগী থাংপোকশংগীদমক।

শাববা কালেনগী নুংশালক্তা
নঙগী নথানুংদা
অব্রা পোখানজখি
লম্বী চৎপা কযা-কয়ানা।
ইঙাগী নোংজু নোংলক্তসু
নোং থুপ্লখি নঙগী নশাইগোন্দা
লম্বী চৎপা কয়া-কয়ানা।

হে সনা খোংনাং
নঙনা নপাল ফবিঙে
নঙগী নখোঙসিমক্তদা থোকখিবনি
নীংশিংবদা তুজুংলবা
পাটশোই লাংজিংগী থৌদোক্তো
অঙাংবা ঈখেংনা চাইখিবনি
মীশি-মীনাগী

৭০

মীকপ মীবাওখোলনা থনখিবনি
পূম্নমক্কুগী নীংশিং খুদম ওইনা
তুম্মীন্না লেপ্পুনা লৈখিবনি নঙনা
খুলসিগী থোঙজিনমক্তদা
খুনসিগী থোঙ শংবা ওইনা।

অদুবু !
হে সনা খোংনাং
চহী কয়াগী তুংদা
লাক্লে নঙগীসু ঙসিদি
পুন্সিগী লাইবক থিববা মীৎকুপ্তো
মতমগী খোঙচত্তা
হোংবা নাইবা চৎনবোলনা
পুবক্লে নঙগীসু
পুন্সিগী অবোইবা মতম
ম্নাং-চাওনা ফন্দোকচবম্না
নশা-নবেংশিং ককথৎপীখ্রে
তুবোই ঙাম্লোই লেপহৌবে
অশি-থোঙ্গাল নকশিল্লকবা
ফমশেন্নববা অনাবগুম।

মতমগী অহোংবদা
লম্বী চাওথোকপগী নমাদা
নঙগী লৈফম লৈত্রে তাল্লক্লে
উববোই নঙগী শক্তম
চহী খবগী মতুংদা
অদুবু লোইনাইদনা লৈহৌবনি

নঙগী পুন্সিগী য়াবীদি
খুনসিগা শাগোন্নববা
লমদমসিগী ইতিহাসতা
তুজুংলবা থৌদোক অমগী
হৌবকফম লোইশিনফমগী নীশিং খুদম ওইনা
পাটশোই খোংনাংমখোং ... ।

০২।০৭২০১৩
লৈপাকপোকপা

## লাইনিং লীচৎ

লাইনিং লীচৎ
লাইনিং লীচৎনা হায়বি
থৌজাল হৈয়ু
ঙাকপী হৈয়ু
অচুম্বা অশেংবতা তৌ
অতোনবশিংবু ঙাকপী শেনবীয়ু
মদুতনা ফংগনি অবান-খুভম।

লাইনিং লীচৎ
লাইনিং লীচৎনা কনাবুসু তাথিদে
ঐগী মীগী নাইদে
জাৎ কুচু খায়দে
লাইনিং লীচৎ খুদিংমক্কী মীৎয়েংদা
উৎলী অচুম্বগী ফজবা মশক
মায়পাকপগী নুংঙাইবা মশক
কথোকপগী থৌনা লীংজেল।

লাইনিং লীচৎ
লাইনিং লীচৎকী লাইশোল খুদিংনা হায়রি
চংজবকপশিংবু কনবীয়ু
অশোল অনাগী শেবাদা

পূক্নীংগী অপেনবা ওইযু
অবানবা থবক তৌকনু
ঞৈববু হাৎকনু
নথম্মোয়না নুংঙাইনবগীদমক
অতোপ্পবু ব্রাহ্নগনু

লাইনিং লীচৎ
লাইনিং লীচৎকী ফজবা মশকপু
মচু থোক্তনা থিহল্লী
খেন্নহল্লী চৎনবীনা
চৎনবী
এগী মীগী নাইবা চৎনবীনা
লাইনিং লীচৎগী ফজবা কযাবু
ওৎ-নৈদুনা মাংহল্লী
এইভবা থিবা চৎনবীগী মচৎনা
লাইনিং লীচৎপু মীযামদা লান্না উহল্লি।

খ্রাযনা থাদোক্লল্লবা হকচাংবু
মূর্নবি মৈ থাগদবনি
নত্তে ফুমজিনগদবনি
যেৎনবিবসি চৎনবীনিনি।
মী মবক্তা
অমাং অশেং খাইবি
শোক্লা শম্লবা য়াহনদ্রি
মীনা মীবু ওৎলি
চৎনবীনা
লাইনিং লীচৎপু তোঙান-তোঙানহলি

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানব**

৭৪

মীনা মীবু ওৎপসু চৎনবীননি
মীবু লৈখা তাহনবসু চৎনবীননি
মীওইবগী অচৌবা যেক্লবদি
মীনা শেম্বা চৎনবীনা ওইববি।
অদুনা মক ফংনা
মাংহনবা তাই
ফৎত্রবা চৎনবীগী চৎনবোল
লাইনিং লিচৎকী অশেংবা মশক ফংনবা।

১৫।০৭।২০১৩
নিংথৌকাব

## পুন্সি পন্থুং

ফৈনা যুংনা চেন্থুবি
ঐগী পুন্সিগী ঈচেলনা
তাইবঙগী পাক্লবা ইপাকসিদা
পন্থুং অদো য়ৌনবগীদমক
লমথুং অদো ফংনবগীদমক।
লেপ্তুনা চেন্থুবি ঐগী পুন্সি ঈচেল
অরা-নুংঙাইগী মবক্তা
মীনোক মৈশানা থল্লবা
তাইবঙগী পাক্লবা ইপাকসিদা।

হিদেন খুদিং লানফম্লি
ইবৈ খুদিং লাঙ্গাওনি
মাযকৈ খুদিং খুদোংথিবনি
কলক যেংথিগী ইপাকসিদা
চেন্থুবি ঐগী পুন্সি ঈচেলসু
পন্থুং অদো য়ৌনবগীদমক
লমথুং অদো ফংনবগীদমক।

ইপাক অমত্তদগী হৌবক্লবসু
ঈচেল অমত্তদা চেন্থবক্লবসু
লমথুংফমদি মান্নদে

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানব।

ঈচেল খোঙচৎসু তিন্নদে
ইতিনফমসু খেঁন্নেদো।

তিনখিনি খবনা নুংঙাইবগী ইপাক্তা
থৌজালগী ইপাক্তা
লুপখিনি খবনা ধর্ম্মগী ইবোলনুংদা
মাংখিনি খবনা অব্রাবগী ইপাক্তা
তাওথখিনি খবনা মীনোক মৈশা মবক্তা।
কৈদা থুংলুনি খঙদনা
চেম্থুবি ঐগী পুন্সি ঈচেলসু
হংলি পীক্লবা থব্রায় হিনাওসিনা
কৈদনো ঐনা তিল্লুগদবা ?
কদোমদনো ঐগী পুন্সি পম্ভুং ?

তিঞ্জনিংদে ঐদি
মীনোক মৈশাগী ইপাক্তা
কলক য়েংথিগী কোমদা
চেম্থুজনিংদে ঐদি
হুবাল্লগা নুংঙাইবগী ইপাক্তা
ফত্তবা চৎনবীগী ইবোলনুংদা
চাওখৎপগী চৈনা য়োল্লবা
বিজ্ঞানগী ইপাক্তা
তৌশিন্নবা ধর্ম্মগী অমোৎপা কোমদা
লমথুংফম খঙদ্রিবা
ঐগী পুন্সিগী ঈচেলনা
য়াংনা চেম্থুবি
পম্ভুং অদো য়ৌনবা

ব্রাখল, পূক্লীং
মঙলান অমদি অশাগী নৌবেলনা
কন্না হোন্দুনা পুবি
পুন্সিবু পুন্সিগী পন্থুংফমদা।

০৬।১১।১৯৯১
যুমশকৈশ (দ্বিপাবলি)

## অওনবা

অঙাংশিংনা লম্পাক্তা শান্নদ্রে
লমজাওদা, লম্মাং তুম্মাংদা,
চেন-চোংদুনা শান্নদ্রে।
পূম্নমক হেন্দোবক্তে ঙসিদি
যুমগী ম্মুলগী গেম শানফমগী
পীক্লবা খুববা কাখুদ্গী।

কাউখ্রে মখোযদা
উবাওবী, অমাং-কোয়বী,
শেবোক্তি কাওনবা
ফীবুল হাবী শান্নবা
ঙম্নমক মতমগী ইবোলনুংদা লুপখ্রে।

লৈপন মকমদা লুমদুনা
পোক্লাওবী কাপ্তুনা শান্নবম্বা
অহল লমনশিংনা ফত্তে, থিংলম্বা
ঙম্নমক কাউখ্রে ঙসিদি
মতমগী ইবোলনুংদা লুপখ্রে।

লেপ্লবে ঙসিদি ইমাংদা
অনৌবা মতমগী
অনৌবা শক্তম অমা ওইনা

নোংমৈ, নোংমৈ, নোংমৈমক্তা ঙাযত্রে।
নোংমৈনা শক্তিনা লৈবাক ঙাক্লে।
নোংমৈনা আইনগী মমায চুল্লে।
নোংমৈনা পৈশা তাল্লে।
নোংমৈনা অচুম্ববু অবানব তাহল্লে।
নোংমৈনা ঙমদবা লৈতবে।

অঙাশিংনসু নোংমৈ পীযু হাযবক্লে।
অহল লমন্নসু থিংদবে
অহোইনদুম মচাশিংগীদমক
লৈদুনা পুবক্লে কৈথেলদগী
অচৌবা অশাংবা অতোনবা।
নোংমৈবু শান্নপোৎ ওইনা
শান্নববে লমদমসিদা অঙাংশিংনা
মসিনা পোনলোইদা কবি ওইবক্রী।

নাংমৈনা লৈঙাকপা লমদমসিদা
থম্লবা মীশং মানা
কপ মবাওখোলতনা
মাহাৎপনা মখৌ পোংনা নোক্লনি
ইশু ভপচবনা ইকাইদুনা লেংলনি
পাৎলোইবগী মৈখু মৈবীনা
মতযা পক্লা বাংলনি
শক্তিনা কিদুনা লোৎখ্রগনি।
শান্না মবা তা মউ লিংলনি।

০৯।০৪।২০১৩
লৈবাকপোকপা

**অমম্বনা ভাইরিবা অঙানিন**

## লাই অমত্তা থোকপীবকউ

হে ঈশ্বর
তাইবংবু শেম্বীবা মপু
ননাইবু শেম্বীবা শকউদবা
নখোযবু নুমিৎ খুদিংগী খুকমজবিবা
তোল্লবা ননাই ঐগী মাংদা
কনানো অমত্তং শয়ং ওইনা চোংথোকপীবকউ
ননাইগা ব্বাবী অমত্তা শান্নসি।

ননাইদি ঐগী-মীগী খাযজদে
হিন্দু, মুসলমান, খৃষ্টান হাযবা নাইজদে
ওইবীনীংবা অমা হেক্তা ওইবীবা যাই
লাইনিংথৌ শিদবা, প্রভু যীশু, হে খোদা,
কনানো অমত্তং থোকপীবকউ
ননাইগা ব্বাবী অমত্তং শান্নসি।

ঐগীসি নিজগদবা নত্তে
ইশাগী দাবকার লৈবশিং
ইমুংগী অব্বাৎ-অপ্যাশিং
থৌজালবীয়ু কুবীয়ু হাযজগদবা নত্তে
ইশাগী পুক্সি নুংশাংহনবীয়ু
ইতু-ইচাদা লায়না-ভিন্না কোকহনবীয়ু

নুংঙাই য়াইফনা পালহনবীয়ু
নিজগদবা নত্তে নফমদগী
লৈবাক ব্রানি সমাজসিগী
পেন্দবগী ব্রাকৎনি মীবোলসিগী
চৈবাক পীহন্নীংবনী মবালগী মতুংইন্না।

মীনা হায়নৈ
হৌজিক মতমদি লাই লৈতে
নঙ লৈতে
নঙ লৈববদি কবিগী চৈবাক পীদ্রিবা?
লাল্লবা য়াবা লাল্লবা কযাবু।
মীগী মবল হুবাল্লগা
শেঞ্জা থুমজা তৌদুনা
অব্রাংবা দলান শাগত্তুনা
নুংঙাই য়াইফনা পাল্লীবা
অশিংবা শাবা হুবানবশিংসে
ঈশ্বব নঙনা কবি চৈবাক পীখ্রবগে ?

হন্দকমুক্কী মপোক্কী তৌজমনগী মহয়
ফংনী শোয়দনা মথং মপোক্তা
মসিবা ঈশ্বব নঙনা পীবা চৈবাক
যানিংদ্রে চৈবাক খুৎপীসিদি
ঈশ্বব নঙনা পীবা চৈবাক তপমনখ্রে
নঙগী মথং মপোক হায়বদো
ঐনা উবা খঙবা নত্তে
ঐনা হেক পামজবদি
হৌজিক তৌবা থবক্কী ফল

**অমব্বনা ভাইরিবা অঙানধ।**

হৌজিক হেক্তা ফংহনবীবদুনি
মসিবু যাবোইদ্রনে ? য়ানিংদ্রা।
কনানো লাই-অমত্তা থোকপীবকউ
ননাইগা ব্লাবী অমত্তা শান্নসি।

চেং পুবা চেং শিং
ফৌ পুবা ফৌ শিং
হৌজিক তৌবা থবক্কী ফল
হৌজিক হেক্তা ফংহনবীয়ু।
মীগী মপোৎ হুবানবা
হুবানবা মচাদগীনা অচৌবশিং
প্রজাগী মবল মৎপশিং
লাযববগী চাকথুং হাইহৎপশিং
খুদক্তা চৈবাক পীবিয়ু
মীৎনা কুপ্পদা লায়ববদা হঞ্জিনহনবীয়ু।

নুপী অঙাংদা কাবল তাবশিং
নুপী ওইবীগী ঈজৎপু শান্নপোৎকুম খনবশিং
পূব্লীং ব্লাখল ফাথবা ঙমদবশিং
খুদক খুদক্তা শিহনবীয়ু
মেৎ মেত্তুনা হাত্তোকপীয়ু
ম্রীনা মীদা পীবা চৈবাক ঙাইদ্রিঙৈদা
ঈশ্বব নঙনা হান্না চৈবাক পীবিয়ু।

মীনা মীদা পীবা চৈবাক্কী
ঙম্মী শেলনা থৈদোকখিবা
থৌদু নুং ফুৎপগুম

কুম পুনা লৈহনখিবসু ঙম্মী
অচৌবগী খুদোম্বীনা থিনবা মাযকৈদা
থৈদুনা চৎহনখি ব্রায়েন কাতিসু।

মীন মীদা পীবা চৈবাক্তা
মবাল লৈবা মীদুগী
মযুম মকে মৈ থাবীবা
তুবা তুনা মাংহন তাকহনবা
লাঞ্জদবা ইমুংগী মীওইশিংবু
লৈকাইদগী ইম্লোক তাম্লোকপীবা
মসিমক্তি পামজদে
মবাল লৈজদবশিংদা শোকহনবী
ঐনা হেক পামজবদি
মবাল লৈবা মীদুখক
খুদক খুদক্তা চৈবাক পীবদুনি
মসিগী দগ্তি খুৎপীসিবু ঙম্লোইদ্রনে ?
লাই অমত্তং থোকপীবকউ
ননাইগা ব্রাবী অমত্তা শান্নসি।

মৌজিক তৌবা থবক্কী ফল
অফ-ফত্তা মীৎনা কুপ্পদা ফংলবদি
কনা'মতনা লান্না তৌনিংলোই
অবানবা তৌগে ফাওবা খল্লবোই
চেনফম লীৎফম লৈত্রবা
খুদক্কী ওইবা চৈবাক পীদুনা
বাখল লাংফৈ খল্লবোই
অফবা থবক্কী অফবা ফল ফংনবা

**অমম্বনা ভাইরিবা অঙানদ।**

৮৪

মীয়ামগী য়াইফনবতা তৌবনি
লৈবাক মবা তপ্পনি
পুকচেল খোয়জেল তিন্নবনি
ঐগী মীগী নাইবরোই
ফত্তবা রাখল খল্লবোই
খুয়া তুশিংনা ইশ্বব নঙবু নিংলনি
মীনুংশি চেনবা লৈবাক ওইবনী
লাইগী লমদম শেংলনি
মসিবু ওইথোকপা য়াবোইদ্রনে ? য়ানিংদ্রা
লাই অমত্তা থোকপীবকউ
ননাইগা রাবী অমত্তা শান্নসি।

০১।০৫।২০১৩
ইবাই

## ৱাহং

মতম কৌবী লাইবেন্দ্বী
বা অমত্তা হংজগে নঙোন্দা
খঙদনা হংবনি খঙনীংদুনা
নঙনা পুবকপা অহোংবনি হায
ঐনা ঙসি উবিবা
ঐগী অঙাং ওইবিবৈ পুন্সিগা
পুন্সি ন্নামদাংৱাইবমসিগগী খেন্নবা
অনীগী মবক্তা হোংলকলীবা অহোংবসে
চৃন্নৱা নঙনা পুবকপা অহোংৱা ?
মতম অমগী ষণজাবুং
হ ঙপ হানৌতনা থল্লবা লম্মাং
থেক্লা খোযনা চেঞ্জবা লৌখোং মচাশিং
ইবাওখোলবু পুদুনা চৎলীবা
মলযা নুংশিৎ নাম্মীবগী
অমাং কোযবী শান্নজফম
পাক্লা তামখিবা লবুক লম্মাংশিং
ওন্নমক মাংশিল্লক্লে ঙসিদি
কোল কাবখানাগী মৈথুনা
অতিযাগী অমংবা নোংবু নমহত্তুনা
মহৌশা খৃৎশেমগী ফজবা কযাবু
ওপ্পা তপ্পা মাংশিলহল্লক্লী

**অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানব।**

মক কোক্লবা চীংজাওশিং
মযাং কংশিল্লক্লবা তুবেলশিং
জীব কয়াগী হিংনফম ওইজবম্বা
পাৎ কযানা লুপখ্রে ঙসিদি
অকাউবগী ইবোলনুংদা
দাকফম ফাওবা লৈহল্লমদনা
ওইবক্লিবা পূন্নমকসিবু
মতম কৌবী লাইবেম্বী
নঙনা পুবকপা অহোংববনে?
অশংবা উপালশিংগী ফজবা
খুঙ্গংগী নুংশিবা শক্তম্না
মশক মচু ওল্লক্লিবা
মসিবু মতম কৌবী লাইবেম্বী
নঙনা পুবকপা অহোংব্রনে ?
ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম
খুন্নকই কনানো শকউদবা অমনা
লাও-খোংদুনা খুন্নকপা নত্তে
লোৎনা তুমিন্না নাশোন পীক্লা
নাপদা ঙংবগুম হ্যবগুম
তাবকই নামিবা খোঞ্জেলদো
ঐদি চৎচবতনি লেপ্লাইদনা অসুম
পেম্লাইদ্রবা মীওইবা
নখোযগী খৃৎশেম্না থোকহনবনি
ঐ মঙায়বে চৎচবা
ঐনা মথোইবে নীংজবা
নখোয়গী ব্রাখল লৌশিংদুনা
নখোয়গী অনীংবা অপাম্বদুনা

ওইহঞ্জখিবনি হোংলক্লীবা
অহোংবা খুদিংমক।
নখোযগী মীহৌচা ওবা ব্রাখল লৌশিংদুগী
অনিংবা অপাম্বদো ফংজনবা হোৎনবদা
ওইহনখিববা হোংলকলীবা অহোংবা খুদিংমক।

১৮।০৫।২০১৩
থাংজ

## ইতিহাস

ঐনা পাবি নৈনবি
হৌখ্রবা মতমগী ইতিহাস
ইজাৎতিসিগী লাইনিং লীচৎকী চৎনবোল
ইতিহাস পাকৃবদা
পেন্দবা কযা কয়ানি
শাওনীংবা নীংঙমদবা
লিশিং-লিশিংনি
ঐঙোন্দা ফাওবিবা
নিংথৌরোল নিংথৌবোল কযাগী
মতম তাঙ্কক তাঙ্ককশিংদা
য়ানশিন তোৎশিন্দুনা থল্লম্বা
অবানবা লাইনিং লীচৎকী চৎনবীনা
অমোৎপা চৎনা লোনচৎ কযাদুনা
কাং-খোং চাইববি
ঙসি ইজাত্তিনা মতমসিদা
কাং-খোং চাইববা ইজাতিগী
মথোং হুকত্রবা পুস্নিবোলসিনা
ওইহৌবনি মতম অমদা অমুক
মীঃবোলসিগী ইজাতিসিগী ইতিহাস

মতমদুদা মীবোলদুনা
পাকবগা ঙসিগী ইতিহাস
কর্বনি হার্যার্খনি
ইজাতিসিবু মীবোলসিবু।

১২।০৮।২০১৩
নিংথৌকাবা

## নুংশিবা

নুশিনবা চান্নবা
নঙতনা মকনি মালেমদা
নহাক য়াওদ্রবা মফমদা
ওইগনি লৈকংলাগী পুন্সি
খল্লুবদা অকিবা ফাওববা
ওইহন্নীংদবা শক্তম কয়া কযা।

নুংশিবা চান্নবা
নঙতনা ঙমগনি মালেমদা
মমা-মচাগী মফমদা
মরুপকা মরুপকগী মবক্তা
মচিল মনাওশিংগী মবীদা
পুন্নমক্তা অমত্তা ওইবা পুনশিন্দুনা থম্বা।
থম্মোযনা থম্মোয়বু জয় তৌবা।

কলক য়েংথিনবগী লান
মীহৌ চাওবগী ব্রাখল
হাৎনা-শুনবগী
অকিবা ফংলবা লান
লানগী লানবুংদা
নঙতনা নুংশিনহনবগী ইবিক্লী

হিংমীন্নবগী অমত্তা ঙাযববা উপাযনি।
ঐগী মীগী খায়বা
অচৌ পীশক নাযবা
লাইনিং লীচৎকী খেৎনবা মবক্তা
নুংশিনবা চানবা
নঙনদি ঙম্মি পূম্নমকপু
খেন্নবা থমদনা
অমত্তা ওইনা কোনশিন্দুনা থম্বা।

নঙনা অমত্তা ওইনা কোর্নশিনবীগ্রবা
মীং কুপতুদা ওইবনি মফম্নদুনা
নুংঙাইবগী তাইবঙ
লেকবা যাওদ্রবা তাইবঙ
অপেনবনা থল্লবা তাইবঙ অমা।
তাইবঙবুনি ঙাইনিবা
এ অমাদ ঐগুম্বা
মীং তম্ববু পামজবা কযা কযনা।

২১।০৪।২০১৩
নিংথৌকাব

## নাপল

মতমগী নিংথৌদি
শেনয়াম পায়বনি।
হুব্যান পোংযোন হৈবনি
শেঞ্জা থুমজাগী মকোক্লী।
অবোনবা কাববাবদা
অচৌবা শেন্দোং ফংবনি।
শক্কী নাপলদা
শেলগী শক্তিদা।
ঙকচাও থেকপনি
অথোই নাপল কাজবনি।
তোল্লা তাববশিংদা
মীনুংশি লৈতবনি।
চংজবকপশিংগী মফমদা
থৌজালগী মীৎযেং য়েংদবনি।
লায়ববশিংবু ওৎপী নৈবীবনি
অতোনবশিংবু শুমদুনা চাবনি।
মখোয়দুদি ব্রাত্তবনি
মখুত্তা পায়বনি
সনাগী চৈশু
মীত্রংগী থাওমৈ
তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা

থোকহনীংবতা থোকপা ঙম্বা।
মখোয়গী মবেক মচুম ফংজনীংবা
খৌবুনাইগী শঙ্গু শঙ্গুনা
তুংইন ষণশু পবেং পবেং
লাইবেন মতুং ঙা ইনবনী
হা তযুম ইনাই অচানবা
মপু সনা যাথং
শোমদা চৎকে
অযো-য়ো ইবুংঙো
থক্তা কাগে
খাদা কুমগে
ওইদা চেপকে
যেত্তা হিপকে
কেগেদা ননীং
মোইবাংদা নখা
শেলগী শক্তিদা
লৈতে থিংবীনবা কনাসু।
অদুবু কাউগনু মীওইবা
নঙগীসু মতম লাক্কনি
লোযবা নাইবা
লন থুমগী শক্তিদি
লোয়খিনি তুমখিনি
নোংমা নৎত্র নোংমদি
কোবৌগী মৈশাদা
উনগী চীংজাওগুম।
ইপান থাগী তুবেল ইচেলদা
তোববর্বাগী লৈঙোই ফুবাগুম

**অময়না ঙাইরিবা** অভ্ভানব।

৯৪

লমজাও কোনবা লাম্মৈদা

অকনবা চবোং হাপুংগুম

উনাগী তাঙ্গোই

ব্রাচেংকী মৈতালগুম

লৈবোই কৈদৌনুং

অথোই নাপলগী ফজবসু।

২৪।০৪।২০১৩

যুমশকৈশ

## খোঞ্জেল নঙবু কনানো ?

অহীংগী থেংলবা মতমসিদা
নাপদা চীক্লা পাওদম্লিবা
চত্ত্বে ঐদি ননাক্তগী
কনাগী খোঞ্জেলনো
ইংনা ফজববা
মীববা খোঞ্জেল নহাকপো ?
মৈতৈ পোকপী ইমাবা ?
মচা ঐবু নুংশিদুনা
ইংনা চিক্লা অহীংসিদা
নাপ চিক্ল পাওদম্লীবা
মীববা খোঞ্জেল নহাকপো
মনখববা ঐগী হকচাং পোলাং
নঙগী মাংলুববা থৌনাদুবা
চত্ত্বে হায়না পাওদম্লিবা
অহাং মতম ওইবকপদা
অহীং মতম ওইবকপদা

পাক্লবা ব্রাখলগী ইপাকসিদা
ইবোইদুনা শান্নবিবা
চবা ও মথোৎ কাবকপা
... শেবান্নবা ব্রাখলাসবু

**অমন্ত্রনা ত্রাইরিবা অঙানবা**

৯৬

লমজিংবীগে লাক্লিব্রা
ব্রাখলগী লাইবেম্বীবা
চত্তে হায়না পাওদল্লিবা
খোঞ্জেল নঙবু কনানো ?

ইনখৎলকপা পুন্সিগী ইথক ইবৈদা
ঙাইহাক্কী নুংঙাই ইয়াইদা
পুন্সি খোংচৎ পুলম্বী
নুজা ওইবী শকহেনবীদুবা
চত্তে হায়না পাওদল্লিবা
অহীং খুদিং তত্তনা
অহীং খুদিং তত্তনা
মতম কৌবী লাইবেম্বী
ইমা নঙদি পুকফবী
ঐবু অমুক হৌদোকপীবিব্রা
অহীংগী চীক্লবা মতমসিদা
থম্মোয ঐবু ঙাওহল্লীবা
পুক্লীং ঐবু লাংতকহল্লিবা
অহীং খুদিং লাক্লিবা
চত্তে চত্তে পাওদল্লিবা
মীববা খোঞ্জেল নঙবু কনানো ?
খোঞ্জেল নঙবু কনানো ?

১৭।০৮।১৯৯

## নিশা নিংথৌ

কল্লদকো নঙগী থৌনাসে
হে নিশা নিংথৌ
কনবিবা এটোম ন্যুক্লিয়র বোমদগীসু হেল্লীদো
শকউদবা নঙগী থৌনাসে।

নৌজবিবী লৈবাং কযাবু
নহৎপীবি মালেমদা চোইজাইননা
নঙগী মযাই কাববা থৌনানা
মনুংশি যাওনহল্লি
ইতবু থৌবাংহল্লী
নঙগী ইপাক্তা ইবাক্লববা
শা ওল্লবা মীকোকশিংদুনা

ঐখোয়না নঙবু থিংলবসু
মরু ফংনা মাংহন্নীংলবসু
ঐটোম ন্যুক্লিযব পৈশিনবগুম
লৈখিদ্রা নঙসু মালেমসিদা ?
নঙগী ইপাক্তা ইবাক্লববা
শা ওল্লবা মী কোকশিংদা তোংদুনা
উংখিদ্রা নঙগী থৌনা তাইবঙসিদা ?
হে ইকাইবা খঙদবা

অমম্বনা ওইহৌরিবা অঙাশিং

৯৮

নিশা নিংথৌ

নঙদি য়েক্লবনি মীওইবা জতিগী।
নঙবু মক ফংনা মাংহনবনা
অমত্তা ঙায়ববা থৌদাংনি মী ওইবগী

১০।০৩।১৯৯২

## নিশা নিংথৌ

কল্লিদকো নঙগী থৌনাসে
হে নিশা নিংথৌ
ফনবিবা এটোম ন্যুক্লিযব বোমদগীসু হেল্লি'দো
কউদবা নঙগী থৌনাসে।

নীজবিবী লৈবাং কযাবু
মহৎপাব মালেমদা চোইজাইননা
ঙগী মযাই কাববা থৌন'না
নুংশি যাওনহন্দ্রি
ত্তবু খৌবাংহল্লী
ঙগী ইপাক্তা ইবাক্লববা
ওল্লবা মীকোকশিংদুনা

ঐখোযনা নঙবু থিংলবসু
মক ফংনা মাংহন্নীংলবসু
এটোম ন্যুক্লিযব পৈশিনবগুম
লৈখিদ্রা নঙসু মালেমসিদা ?
নঙগী ইপাক্তা ইবাক্লববা
শা ওল্লবা মী কোকশিংদা তোংদুনা
উৎখিদ্রা নঙগী থৌনা তাইবঙসিদা ?
হে ইকাইবা খঙদবা

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙান

৯৮

নিশা নিংথৌ

নঙদি য়েক্লবনি মীওইবা জতিগী।
নঙবু মরু ফংনা মাংহনবনা
অমত্তা ঙায়ববা থৌদাংনি মী ওইবগী

১০।০৩।১৯৯:

## তন্দন

শুক্রা মন্নবা অহীংদা
কুফেৎ কাফেৎ মঙালগা লোযননা
পাইবি তন্দন অমা
ঙসি মৈত্রবাক্কী তম্পাক্তা।
উৎলী তাক্কী মহৌশাগী ফজবা
লমদমসিগী নীংথিজবা কযা
মুশিববা মঙালদুনা তাইবঙসিদা।
তাখিদ্রবসু পোম্বী চেক্লাগী
নিংথিববা খোঞ্জেল
তেনৱাগী শাথেক
লোৎখ্রবসু কিদুনা মতমসিবু
হোংখ্রবসু মাংখ্রবসু
মৈত্রবাক্কী ফজবা চৎনবীনা
ইবোলনুংদা তপ্পা-তপ্পা লুপখ্রবসু
চোংথোবক্কি মশাগী শক্তম্বু কঞ্জনবা
শুক্র মন্নবা অহীংসিদা
কুফেৎ কাফেৎ মঙালগা লোযননা
তন্দন অমা....।

১২।০৩।১৯৯২

## মীৎমাংসিদা

সহবসিগী ময়াইমকসিদা
নোংজু থাগী নুমিদাংব্রাইবমসিদা
খোঞ্জেল হৌনা খোংদুনা ব্রাকৎলী
উনশানা শকুদা কুপ্লবা
যাঙ্গংলবী ষণবী অমা।
কদাইদগী লাকপনো ?
কদোমদগী থোবকপনো ?
অসুক মী চিনখ্রবা মফমসিদা
কবম্বা মাগী ব্রাকৎ ওইবিগবা ?
অমুক হৌনা খোংদুনা ব্রাকৎলীবা
চাবা মনিং থুংদবগীবা ?
লৈফম চন্দবগীবা ?
মচা কায়নবগী ব্রাকৎলা ?
কবম্বা ব্রাকৎনো মাগী ব্রাকৎসিবো
খুন লাল্লকপা লমহুই কিবগীবা ?
মশীং হন্থবক্তুনা মীপাইবগীবা ?
কলিগী ঈ তৈববা থাংদু কীবগীবা ?
কবম্বা ব্রাকৎনো মাগী ব্রাকৎসিবো ?
হি ! কবি মতৌনো ?
ব্রাকৎলীবা ষণবীসিবু
চৈফু কন্না ফুবীখ্রে

তন্দন

শুক্রা মন্নবা অহীংদা
কুফেৎ কাফেৎ মঙালগা লোযননা
পাইবি তন্দন অমা
ঙসি মৈত্রবাক্কী তম্পাক্তা।
উৎলী তাক্লী মহৌশাগী ফজবা
লমদমসিগী নীংথিজবা কযা
মুশিববা মঙালদুনা তাইবঙসিদা।
তাখিদ্রবসু পোম্বী চেক্লাগী
নিংথিববা খোঞ্জেল
তেনৱাগী শাথেক
লোৎখ্রবসু কিদুনা মতমসিবু
হোংখ্রবসু মাংখ্রবসু
মৈত্রবাক্কী ফজবা চৎনবীনা
ইবোলনুংদা তপ্লা-তপ্লা লুপখ্রবসু
চোংথোবক্লি মশাগী শক্তম্নু কঞ্জনবা
শুক্র মন্নবা অহীংসিদা
কুফেৎ কাফেৎ মঙালগা লোযননা
তন্দন অমা....।

১২।০৩।১৯৯২

# মীৎমাংসিদা

সহবসিগী মযাইমকসিদা
নোংজু থাগী নুমিদাংব্রাইবমসিদা
খোঞ্জেল হৌনা খোংদুনা ব্রাকৎলী
উনশানা শকুদা কুপ্লবা
যাঙ্গংলবী ষণবী অমা।
কদাইদগী লাকপনো ?
কদোমদগী থোবকপনো ?
অসুক মী চিনপ্রবা মফমসিদা
কবম্বা মাগী ব্রাকৎ ওইবিগবা ?
অমুক হৌনা খোংদুনা ব্রাকৎলীবা
চাবা মনিং থুংদবগীবা ?
লৈফম চন্দবগীবা ?
মচা কাযনবগী ব্রাকৎলা ?
কবম্বা ব্রাকৎনো মাগী ব্রাকৎসিবো
খুন লাল্লকপা লমহুই কিবগীবা ?
মশীং হম্ভবক্তুনা মীপাইবগীবা ?
কলিগী ঈ তৈববা থাংদু কীবগীবা ?
কবম্বা ব্রাকৎনো মাগী ব্রাকৎসিবো ?
হি ! কবি মতৌনো ?
ব্রাকৎলীবা ষণবীসিবু
চৈফু কন্না ফুবীগ্রে

লিচৈ পায়বা থানাশিংনা
কবিনো মাগী মবাল কবিনো
মী চিনবা সহবদা
মাগী ব্রাকৎ মফম চাদে হায়বিব্রা !
দুকান মপুগী
পোৎশিৎ হুম্বুহনখ্রনি হায়বগীবা ?
লুকমাই পানবীদুগী
মনা মশিং শোকনি কিবগীবা
নৎত্রগা
থানাশিংদুগী
ফিবৈশেল মঙা তাবা পীদবগীবা
ও চৈফুগী চৈনা ফংবদগী
তুথখ্রে ষণবীসে লৈমাইদা
মখোঙ মখূৎ ফ্রিং ফ্রিং কাওবল্লগা
অবোইবা ব্রাকৎ ওইবল্লে
হৌনা অমুক্তং খোংলল্লগা লেপখ্রে
থম্মোয কায়ববা থৌদোকসিনা
মীৎমাংদা খোক্লবসু
তুমিন্না লেপচবা নত্তনা
উপায় লৈতে ঐগীসু
মফমসিদা
মবমদি
মফমসিদ ঐ
অশাবা শক্তম্মি থৌনা ফববা
লৈবাকসিগী নিংথৌ অমগী।

২২।০২।১৯৯৩

**অমধনা ভাইরিবা অভানবা**

## নুমিত্তুগী থৌদোক

শোল্লবা অহল অমা
মঙম শানদনা চৎলী
মী চিল্লবা কৈথেলসিগী লম্বীদা
পুক্সি লোইগদৌববা চৈশুগা লোয়ননা
অবাকপা খুদিংদা পৈশা নীবি
থক থক নিক্লদুনা মখুত্তু
পীবীবমদে কনামত্তনসু
মশা নানবা ইনাকখুনবশিং
অঙম অথৌ তৌগেদা ঙম্বশিং
শকমান লেংমান্নবা কনাগুম্বশিং
তক-তকবা মমিংশিংদুনা
খানা খানা য়েংলম্মী
মীনুংশিংগী ব্রাংমদা
অহোইনদুম অহলদুদা।
কৈথেলসিগী মীয়াম তীনফমদা
হবাও মথোই কাবদা
ঈথক-ইপাংগী ইব্রাইফমদা
নুজাগী জগোয় খুৎথেক মবক্তা
ফুবিৎখাওদগী শেনবুন শত্তুনা
লুপা চাইবি হবাওনা
লাইববদা শিকি পীনিংদবা ইনাকখুনবশিং
ঐনা উখি থৌদোকসি

ঙসি নুংথিল পোবোপ্তা
কৈথেলসিগী ময়োল মক্তদা।
চেফোং য়োনবা মীবানচাদু
পাগে য়াদবগীনি হায়
ফুবীবদো নহাশিংদুনা
খাম্মী মীনুংশি চাওববা অহলশিংদুনা
উখি ঐনা
নোংমা লম্বীগী চীদাই অমদা।
কোবৌনা শাথুপখিদুনা
অঙানবা মাবু অম্বনা কুপখ্রবদা
মশক উখিদবে শকমান্নবা কনাসু
সহবসিগী মচি মচিদা
থোবক্লে মীবোল লোনবশিংদুনা
শঙ্গু - শঙ্গু পুনশিন্নদুনা
শান্নহৌই মিত্রংগী রাবি
লেপ্পহৌই পোৎকী অনৌবা মমল
অদুগা হোৎনহৌই শেন্দোংগী হিনসাপ
ঐগী খোইবি নাওফম তাজফম
শেংলবা লমদমসিগী মযোন পুংসিদা
নীংতম্না চৎপদা অকিবা পোক্নী
কিকুপ কিকুপ যেংলী
ফুবীবক্কদ্রা মীপাইবিঙে
তাখি খোঞ্জেল অমা
"হুবানবা হুবানবা হুবানবা"
তুং হন্না য়েংলুবদা
শোল্লবা চাকনিবা অহলদু
ফুবিখি মখোয় মযাম চংদুনা
বোইবা শ্রব খক্তমক থমলম্লগা

১০৪

ঈহিং-নাইহিং শানা হন্দোকলমখি
থোঙ লোনশিনখি
ঝাং চাওববা মথোল নাইবা য়ুমজাওশিং
ঐনদি উখি থৌদোকসি
কৈথেলসিগী অমম্বা লম্বীগী চীদাইদা।

১১।১০।১৯৯২
নোংমাইজিং

## থৌদাং

খুন্নাইসিদা থোকলক্লি
মথৌনা লৈববা নহা কয়া
মজাতিগী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক
পেন্দবা কয়া কোক্লবগীদমক
হেনজিল্লক্লীবা মীবানচাগী খোংথাংবু থিংনবা
ঙমখিবা অমুবা আইনগী মযোক্তা
খৎলাক্ট পাযদুনা তেমশিংনবকই
মাসবু অচুম্বা ব্রখল্লোনলা
মচা ওইবগী চপচাবা থৌদাংলা ?
আইনবু শিংনবা কাংবুনি।
অপুনবগী শক্তম থুগাইবনি
লৈবাক ইবাং থোকহনবনি
মখোযবু মরু ফুকনা মাংহনগদবনি
লাওবি প্রজাগী মীহুৎশিং
লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবশিংনা
মসিবু চুমলীব্রা
অচুম্বা খোল্লাওবা ?
অহল ওইবশিংগী অচুম্বা ফিবেপ্পা ?
অমনা-অমদা মবান শিনবি
মশা-মশানা অচুম্বনি লাওজবি
অমনা অমবু মশক খণ্ডনদ্রি
মপা মচানি কাউনবি

অমমনা ঙাইরিবা অঙানবা

১০৬

মচিন মনাওনি নীংশিংনদ্রি
নুংশিনবগী পাওজেল পুদুনা
লেঙ্গোল্লগদবা মখূৎশিংদুনা
নোংমৈ থাং পায়নদুনা
মখোয় মশেল হাৎনবি ।
ঈ. অঙাংবা ঈ
মখোয় মশেল হাৎনবগী
চিন্থবক্লীবা অঙাংবা ঈখেংশিংনা
ঈবাক্লহল্লী
লান পামজদবী ইমাবু ...।

২৪।০৯।১৯৯০

ঐবু কৌরক্লে খুঙ্গংদা লাক্লো

শক্তিফুগী অঙনবা অযুক্পা
কুইনা হৌবা অমুবা নোংগী অৎক্ত
তনৌ - তনৌবা, শংত্রিক শংবা
উপালগী উনাশিংতনা লৈতেংখ্রে ।
নোংহৌনা চামথোক্লবা মালেমদসু
তনৌ-তনৌবা অশংবা তিংথৌ নাপীশিংনা
ফদক হাদুনা কুপখ্রে ।
মাংকুপসিদা লেপ্লবে
মহৌশা লাইবেন্থী ইমানা
অশংবা ফিজোল থোন্দুনা
পৃক্লীং হুনা ফজববা
যেংবগী পেননাইদ্রবা শক্তমদা।
ইমাগী কাংহাই থৌগলদা
অশংবা উপাল-ৱাপাল খিবীক্লা
নোম-নোম হাই হুমজবে ,
মালংবা মাগী খোঙচৎসু
লিবি লিবি শিংখ্রে ।
মহৌশা ইমাবু হবাওনা ওকচদুনা
শাংলবে নীংথিবী লৈবাং কয়াসু
পৃক্লীং হুবা শক্তমদা
কোম্বীবৈ, কুশুমলৈ
কাকলৈ, খোঙ্গুল মৈপ্লে,
যেকমলৈ, মবকসিদা য়াওখ্রে

অমম্ভনা ভাইরিবা অঙানব।

শজিফুগী লৈহাও লৈবেনসু ।
পবিজাৎ কৌবী লৈবাংনা
মচুনা চুমথাং শাদুনা
ইমাগী নাপগী নাচোম শেমশ্রে ।
নীংথিন্‌বা মহৌশাগী শক্তমসিবু
ইমিৎ পেন্না যেংজহৌনবা
মহৌশা লাইবেম্বী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো" ।
কালেন থাগী নুংশানা য়েবদা
মালেম লৈমনা চেখাইবক্লবদা
তাইবঙ জীবশিংনা " হা-কাব" লাওববদা
খুনগী লাইবুংদা হৌবিবা
মনা পুংলা উজাও উবেনশিংগী মতম্বাক্তা
মলাযা নুংশিৎ নামিবনা
নাওসুম ফিগুম তিংথোকশ্রে
চীং হবিগী নুংশিববা খোঞ্জেলনা
মপুগী শিঙ্খা পাংদুনা
তাইবঙ কয়াবু নাওথেমলক্লে
মীৎকুপসিদা
মহৌশা লাইবেম্বী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো" ।
কালেনগী মৈশানা কাহৎপীববা
লবুক লমম্ফাং খৃদিংদা
কুমগী নোংনা লৈতাববে
লাইজনা চাংজৌ নাইবক্লে
কোবৌগী মঙালদা ইপোম হৌনা
নোম-নোম জগোয় শাববে ।
খুনগী ইয়াম্বা ইচিল ইনাওশিং

য়োৎলৈনা নোংথাং শাদুনা
লৌবাং শুবা হৌখবে
পলেম শকপী কয়াগী
খুল্লং ইশৈগী শৈহেক্লা
নোংজুলক্তা খোম্থাং য়ৈববে
মীৎকুপসিদা
মহৌশা লাইবেম্বী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো"।
ইঙা ইঙেনগী নোংজুনা চামথোক্লবা
থেক্লা খোয়-খোযববা লম্বীদা
ব্রাহ্মনগী ধুপ আবতীগা লোয়ননা
লেঙথোবক্লনী জগৎকী মপু ইবুংঙো
জগবোন্ধু, বলদেব, মচিন -মনাওনা
তাইবঙ জীবশিংদা থৌজালবীনবা
খুনগী মকপলোই নুংশিবা
ইপা-ইপল ইমা-ইবেলশিং
চনু নিঙোল খিবীকশিং
ঙম্নমক্লা মপুগী থৌগল তৌথ্রে
মীৎকুপসিদা
মহৌশা লাইবেম্বী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো"।
ইমায চোল্লবা পাৎকী ইয়াইদা
শাৎলবে থনো থম্নাল থাবিকথা
থমজেৎকী মমিৎ লিশিংনা
অতিযাগী লৈচিলগা মীৎচান্নখ্রে
শাবী-শানৌ কয়ানা
বাগৈ হিবু তোংদুনা
চেক্লাগুম চীন্দম্না চীল্লোক্লবক্লে

**অমম্বনা ত্তাইরিবা অঙানবা**

ঐবুসু মথানুংদা কুমদুনা
নুংঙাই ঈথক হৌববো
মহৌশা লাইবেপ্পী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো" ।
থব্রান লৈতবা নুংশিংনা
লোয়জীং লোয়য়া খোন্না হুন্নক্লে
ফৌনাগী ইথক ইপোম্না
লেঙ-লেঙ, নোম-নোম চত্তুনা
অতিযাগা মলেমগা শম্নহনখ্রে
লৌবক্কী লেমলৈ ঙাশিংনা
লাংবন নুংশাবু কিদুনা
ইথৈ লৌখোং তন্নক্লে
পলেম শকপী কযানা
খ্বাংদা তুঙ্গোল যাম্দুনা
খৃৎতা লোঙবু পাযদুনা
লেমলৈ ঙাবু তাঞ্জবা
যাক্লবা নুংশাগী মৈশাবু কাউথোক্তুনা
খোযকম মোমোন নোকচবা
ইমীৎ পেন্না যেংজনবা
মহৌশা লাইবেপ্পী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো" ।
লাক্লে তাইবঙদা
ঈংনা মেংনা মেবা থা
যাক্লা মথৌ পাংলমবা
লাংবন নুংশা লোইবদুনা
মেবা শঙ্গুম্লক্লবদা কোবৌহনবসু
তাইবঙ পৃক্লীং ফাজনবীদুনা
লেংথোবক্লে দুগা ইমানা মালেমদা

ইমাগী থৌগলদা তুংইনজবক্লে
খম্বাংচাক কৌবী চেক্লাসু
তাইবঙ যুমথোঙ খৃদিংদা
মেবা থাউমৈ থাল্লক্লে
মনাও ওইবা তমদা লৈবশিংনা
চীংদা খুন্দাখ্রবা মযাম্বশিংগী মফমদা
শিদ নাদনা নুংঙাইনা পাল্লী পাউদমলক্লে ।
আ ! যেংঙুনে মালেমসে
অনৌবা শক্লোন অমা হোংখ্রে
মহৌশা লাইবেন্বী ইমাসু
নোংজু ফিজোল থাদোক্লুনা
নীংথম ফিজোল হোংখ্রে
পাক্লা লবুক লম্মাংদা
অশংবা ফৌনা জগোয শাবম্না
সনা অাহংবা মচু ফুদোক্লুনা
চুম জুম পাল্লে
মবিক চুম্লবা ফৌগী চবোংশিংদা
বাজবক্লবা লৌমীশিংগী মাযথোঙদা
অরাবা কোঙ্গাই কাউদুনা
নুংঙাই মাযথোঙ মকা লামজবে
ভবাংতা যোৎলৈগী নোংথাং শাবম্বা
ভার্সাদ মহুৎ শিনখ্রে
চৈবোংগী তাম্বাগা লোযননা
হুমাইগী জগোয শাখ্রে ।
পোইনু লৌবোক লোইখ্রে
লবুক লম্মাংসু ইহাং হাংহৌবে
সকুগী মপৈ মপৈনা
খাঙশংবশুম লেপখ্রে

**অমম্বনা ভাইরিবা অঙানবা**

কাওরেন ষণগী ষণলুপ্পা
মনীং তম্মা চেনজ চোংজবে
খোঙ্খাং য়েনা য়েনা খোংলক্লে,
ব্রাকচিংগী নোংদি শিদয়াই ওইবা
খিকলক্লে মালেমদা
উনখাসু মপুগী থৌগায় পাংলক্লে
উনপুবা নুংশিংনা
লাইবা ইনাকখুনবা খায়দনা
কোযতান কোযতান তান্নদুনা
অমাং কোয়বী শান্নবক্লে ।
অশিৎ-অব্রান থাগী মালংবনা
মায়কৈ সলাই খণ্ডনা হুমলক্লে
মীৎকুপসিদা
মহৌশা লাইবেঞ্জী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো" ।
ফাইবেল থাগী অঙাওবা লৈচিলনা
অতিযাদা অনৌবা শক্লোন লৌদুনা
লুপা মচুগী মফোলগুম পাইবক্লে
শাবি শানৌ কয়াগী
পূক্লীং ইবাং হৌবক্লে
য়েনিংথাগী ফিজোল থোল্লদুনা
লেপ্লবো হৈপাল লৈপাল খিবীকসু
চুমব্রে মপালগী ফজবনা
হৈনৌ মপালগী নিংথিবনা
তাইবঙগী থম্মোয়বু শুস্নাংখ্রে ।
অঙাংবা কুবাওগী মপালদা
খোইনীংনা হবাওনা কাযদোংজবা
গুলাপ কৌবী লৈবাংনসু

লৈকোল খূদিং লৈশাং তমলক্লে
ম্রীৎকুপসিদা মহৌশা লাইবেল্পী ইমাসু
নিংথিববা ফিজোল থোন্দুনা
যোনংথাগী থৌগলদা
মীৎসুম মোমোন মীনোক্লা নোলক্লুনা
ঐবু মনাক্তা লাক্লো কৌবক্লে
খুঙ্গংগী ফজবদা
নাংঙাইদনা পোথাজববো কৌবক্লে ।
মহৌশা লাইবেল্পী ইমানা
কৌবক্লে ঐবু "খুঙ্গংদা লাক্লো"
খুঙ্গংদা লাক্লো ।

১৬।০৪।২০১২

## লৈবাং থম্বাল

পাক্লবা ইয়াইদা
মালংগী শাহুমদা
ঈশিংগী ইথক ইপোমদা
লৈনা জগোয় শাদুনা
লৈবাং লৈনম যেনজবী
ইয়াইথক্কী লৈবাং থম্বালসে
নুংশি হৈতনা হেক্তুৎপীবগা
লুকমাই থক্তা হাপতুনা
য়োল্লেদো সহবগী মযোলদা
নমথিববা লম্বীগী চিদাইদা
লুকমাইথক্কী লৈবাং ওইনা লৈয়োবীদুনা
ইয়াইদা কুমদুনা
লৈবাং মাবু হেকপা ঙমদবশিংনা
মমল পীদুনা লৈবগা
লৈরাং মাবু লৈমন চলহনবীবেদো
মপূক্লীংগী অপেনবদু ফংলগা
মচেৎ তানা শেগাইবীবে লৈনাশিংসে
মচেৎ তাববা লৈনাশিং
হুন্দোকপীরে সহবগী
মীয়াম চৎপা লম্বীদা
খোঙনেৎনবীবে লৈনাশিং
লম্বী চৎপা মীয়ামদুনা

মদোম কপচবা নত্তনা
কনানসু উবীদে
মচেৎ তাববা লৈবাংগী অব্রাবা
নৈহৎপীববা লৈবাংগী লৈনাশিংদো
পত্থ-পুমথবক্কে
নর্মথিবা মনম চেল্লক্কে ,
"হু পুবা নুংশিৎ ওইনা"
হুল্লক্কে সহবসিগী
কাচিন কোযযা শিন্না থুংনা ।
অযোনবদি অবৈবগীনি
লৈবর্বদি অবৈবা মাগী মপোৎনি
লৈবাং মাবু লৈনগা
নুংশি হৈতনা লৈনা চোইহনবীবা
লৈবাংগী পুম্পিবু লৈমন চলহনবীবা
অবৈবা মাগী মবাললা ?
অযোনবা মাগী মবাললা?
লৈবা যোনবা যাবিবা
লৈবাং মাগী মবাললা ?
পুকচেল চাওবা কনানা
লৈবাং মাবু লৈবগা
মপুগী খুযাদা কৎচবা
মপু মানা পেনবীবা
কনানা মহৈ ফংগনি
লৈকৎলীবা মাগীবা
লৈয়োনবী মাগীবা
লৈবাং মাগীবা ?

২৫।০৬।১৯৯৩

অমম্বনা ভাইরিবা অঙাংমশা

## শাবংনুংদা

কপ্পী পাঙ্গলবা নোংশা অমা
পৌবোল তবেৎ লোম্লবা
ব্রাং-চাওববা শাবংনুংদা।
কৌবি শমান লেংমান্নবা কয়াবু
খোম্থাং য়ৈনা মায়কৈ মবিদা
লোনশিনখ্রবা পৌবোলদু শৎনবগীদমক
অদুবু কনানসু তাবিদে
লাওজবতনি মাগী খোঞ্জেলদু
নিঞ্জবতনি খোঞ্জেলদুগী খোম্থাংদুনা
থোঙ লোনশিনখ্রবা শাবংনুংদা।

পাঙ্গলবা নোংশা লাবা
মথৌনা ফুদোকচবা ঙমদ্রবসু
য়েংলী তমথীববা মীৎয়েংদুনা
লৌশিংলবা থেব মচাশিংদা
লমন খুমনীংলী মখোয়গী মথক্তা
লৌশিংনা মাবু ফাখিবগীদমক
থোঙ লোনশিনখ্রবা শাবংনুংদা।

নোংমদি মীৎকপ থোরকখিগনি
নীংঙাইদনা তুম্নীবা নোংশা মচাশিং
মতমদুদা খোঙ্গুল লীবকখিনি

নমখাইবকখিনি অপুনবগী শক্তিনা
পৌবোল লোনশিনখ্রবা শাবংসিসু
ন্নমিত্তুদা ফংগনি নীংতম্বা

অশাসিগী মকমদনি
নোংশা লাবনা হিংলিবা
বানা উনশানা শক কুপ্তুনা
ঙসি ফাওবা খাঙলিবা
থোঙ লোনশিনখ্রবা শাবংনুংদা।
কবিগুম্বদা নীংঙাইদনা তুম্লীবা নোংশাশং
পুন্সিগী ওইনা মীৎকপ থোকখিদ্রবদি
কদি ওইখান মজাতিনা
কাংখুল মুৎখ্রদবা মীপাইজৈ
উপায লৈত্রবা নোংশা লাবা
খোঙেল থেকপাদি যাদনা
মদোম্ম হিক্লা হিক্লা কাপ্ল
থোঙ লোনশিনখ্রবা শাবংনুংদা।

২২।১১।১৯৯২

অমম্বনা ঙাইরিবা অঙানবা।

# ঐবু পোংলোইবীনু

ঐনা হযেং শিবগা
ফুমজিনবীনু ঐবু লৈনুংদা
মৈ থাদুনা পোংলোইবীগনু।
মবমদি,
ঐদি অঙাওবনি হিংলিঙৈসিদা
ব্রাখল চোইদুনা, লৌশিং মাংদুনা
নমদুনা ঙাওহনবনী নখোযনা
লৌশিং তানা তানা
বুদ্ধি লৌশিং সুকমাং মাংদনা
ঐনা পাম্মী অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবা
নখোযনা প্যাম্মী
ঐবু হাংলগা নখোযনা হিংহৌবা।
অশোনববু তুহৎলগা অকনবা শকপা
মীহৌ চাওবা কবাম্বা
কল্লক খম্বনবা
মশাগীতা খনবা ওইজবা থিবা
অথোয নাপল কাবা খিবীকপু
খল্লী নখোযনা
অফবা ব্রাখল্লোন্নি থাদোকফদ্রবা মচৎনি।
মসিবু পামজদে যানিংদে
হাযকবা ফোঙদোক্লবা ঐবুদি
নমদুনা অঙাওবা তাহল্লী নখোযনা।

ঈং-তপ্পতবু পামজবা
খৎন চৈনবা য়াওদবা
হাৎন শুনবা লৈতবা
মবা তপ্পা খুনাই অমা লিংদুনা
শান্তি থমগে হোৎনকবা ঐবু
পা ওথোকপীবি নখোযনা
পাংদবনি মীশোন্নী
মবীল য়াওদবনি মীতম্বাল্নি।
পৃক্লীং ব্রাখলদা খেন্নবে
লিচৎ শাজৎ মান্নদ্রে।
পুমওন ওন্নবে খ্বাইগা ঐগা
অদুননি ঐনা ইখৌ পোংন' লাওবিবা
অদুননি ঐনা নোল্লুক্ল' হায়র্জবিব'
ঐনা হয়েং শিবগা
লৈবেল চন্দুনা ফুমজিনবীগনু
মৈ থাদুনা পোৎলোইবীগনু
কংদুনা মাংহনবীযু
নুংশাদ' যাইফৌ ফৌদুনা
মঙ্গ্রাবক কানবীদা হুন্দোক্লুনা
চীল কাঙ, হল চংদুনা
নুংঙাইনা ঙাইহক পোৎথাজসনু
লংজা কাক্কী মচিনঙ্গাব ওইদুনা
মচেৎ মচেৎ চাজখিসনু
ঐগী নীংবসি থুংহনবীযু
ঐনা হয়েং শিবগা
ফুমজীনবীনু, মৈ থাদুনা পোৎল্লোইবীনু।

১২।১০।২০১৩,
থাংজ

**অমত্তনা ঙাইরিবা অঙানবা**

## অচুম্বা খোঙথাং

লান লেপখ্রে
খূত্তা খূৎলাই থাদোক্নুনা
লানগী ফিজোল থাদোক্নুনা
লেঙ্গোন্দুনা খোবক্লে
লানথেংনবম্বা লাম্নীশিং
অবোৎপসু অফোংবসু।

লান লেপ্তুনা
শান্তিগী চুক্তি সহি তৌম্মিনখ্রে
পুন্না নোকমীন্নবে
মীৎযেং শাংখৈমীন্নবে
মী হাৎপদা হলেংদ্রবা
লান পান্বা নাকল অনীনা।
মীয়াম্না হবাওনা ওক্লবে
চৈথেং নংলবা প্রজাশিংনা
শ্বর চনিং তানা হোঞ্জবে
মতুংদা অমুক হৌবক্লনু লান
অপুনবগী খোল্লাওদা ল্যাওবক্লে
লানবু কিদুনা লোৎচবম্বা মীয়াম্না।
অহানবগী খোঙহৌদা
কবিগী হৌবকখিদে শান্তিগী ব্রাবীনা
কায তোয়ববগী তুংদা
থাংলক্লিবা শান্তিগী খোঙথাংদে
ওইগদ্রনে অচুম্বা খোঙথাং ?

ব্যাখল থেনমল্লী
তম্বা-নখোয় য়াহৌ থেংমনখ্রে।
ব্রাবৌজে নখোয়বু
লানগী শাফুনা নৈতংপীখ্রবা
থব্বাযনা পোম্বা ওইখ্রবা
লান পামজদবা লাম্মীশিংদুনা
লান পামজদবা লাঞ্জদবশিংদুনা।
নখোযবুদি ব্রাবৌবি
থেংনা মীৎকপ থোবকপগী
মাং তাক্লবগী তুংদা
ব্রাখল তাবকপগী।

নখোযনা নৌনা থাংলক্লীবা
শান্তিগী খোঙথাংসিমদি
মায পাকহল্লু অপুনবগী থৌনানা
শেমগৎলু নৌহৌননা
লান্না মাংহন তাকহল্লুববা খুনাইসিবু
ওইহল্লু মালেমদা খ্বাইদগী ফজবা
অচুম্বা অশেংবনা লৈঙাকপা
ঈংনা চাক্লা নুংশি-চানবা মালেম অমা।
মতমদুদা ওইগনি নখোয়নসু
লাঞ্জব্বা পুম্বা কোকপীববা
খুনাইগী য়াইফনবগীদমক কখোক্লবা
ইমাগী অশেংবা মপাবী মমোমশিং
মীৎকুপ্তুদা শোযদনা ফংগনি অপেনবা
লান পামজদবা মীযামগী
লানগী চৈথেং নংখ্রবা মীচমশিংগী
লানফমদা থব্বায কৎখ্রবশিং।

১২।১১।২০১৩
লৈপাকপোকপা

অমমনা তাইরবা অ৬।০৭৫।

## "ঐদি মী কী"

ঐদি মীওইববু কিজৈ
মতমসিগী মীবু কিজৈ
তুক্কচৈ তশেংনা
মখোয়গী লুজদবা ব্রাখলবু তুক্কচৈ,
চীনগা খুৎকা মান্নদবা
ফবদি ঙমদবা
মীনুংশি লৈবা শাবগা
মীনুংশিদি লৈতবা
অচুম্বা চৎপদি মাল্লগা
চৎপদি চত্তবা
ওইজবা থিবদা হালেংদবা
মশা-মশাগীতা খনবদা
শিব চংবা কিনদবা
ফিদি শেৎলগা ঈজৎতি লৈতবা
চিন্দনা অফবা শাবা
নুংদনা খুৎতুমশিং ককশাবী শা
লৌশিং লৈবা মাল্লগা খম্ভবদি ব্রাৎপা
জীবলক্তগী অথোইবা
মীওইবা ওইনদি পোক্লগা
মীওইবগী ব্রাখল মচৎ য়াওদবা
মী মান্নবা শাকোক ওইবশিংসিনা
শানা শাবু হাৎত্রবা মতমসিদা

মী মানবা নখোয়নদি
মীবু হাৎলি নখৃৎ পেন্না
নশাগী নখোঙদা থাংনা যানশিঞ্জবগা
হবাওনা নোক্লি অকনবা শক্লি
নখোযগী অসিগুন্বা থৌওংসিনি
ঐনা থম্মোয় শোক্লা যানিংদ্রিবা
ঐদি কি মী নখোয়বু।

০৭।০৭।১৯৯৪

